# ফিদম

লোজবা ঃ— শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

মমল ঃ— রুপা ২'০০

অফোঙবা ঃ—অরেংবা মী



১বা ফোঙবা—১০০০ কপী
মার্চ্চ, ১৯৬৪

ছাপা তৌবা—শ্রীআইচং নিমাইচান্দ শর্ম্মা

নম্ফম ঃ—দি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,
পাওনা রোড, ইম্ফাল।

# কচ্চরিবনি

লৌশিনবীয় ·তোল্লবগী লায়ররবা খুদোল
লাম্হোকচরিবনি শেংলবা পম্মোই মুংদগী
'ক্ষিদম' হায়বা সাহিত্য লৈচলসি
কচ্চগে খন্দুনা নোঙ্গাত্রবশিংগী নক্ষম লাংদা :—
ঐবু পোকপীরম্বা নুংশিত্রবা ঈপা, ঈপু,
ঈবুঙো, ঈবেল অমস্যুং ঈবেনথৌ
লাইওইথ্রবা-ওইথ্রবী নখোয়' নক্ষম লাংদা।
ঈরোলগী সাহিত্য সেবা য়াওজহনা
ভারত-জাতিগী য়াইফকোল শেমজহনা
মীওইবা ঐখোয়গী রাখগী চাওখচ্চহনা
তাইবং-মালেম য়াইফনবা হোৎনজবদা
পঙলবা, শোল্লবা ঐস্মু য়াওজবা ঙমজনবা
লমজিংবীনবা, মঙ্গল ওইহনবীনবা লেপ্পা
তাইনবীরকউকো নখোয়না তাইবং-মপুদা।
ঈখুৎ লোন্না মিংকী পিরাং শিন্নুনা
নিজরি হিক্না নখোয়' নক্ষমলাংদা ঐনা।

কচ্চরিবা :— শ্রীএসং লালবাবু সিংহ

তাং ১ । ৩ । ৬৪ ইং



শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

# ৱাহৌদোক

মীপুম খুদিং জ্ঞান লৈদুনা চাওখৎলগা সমাজ অমদি জাতি চাওখৎলি। অদুবু, অসিগুম্বা চাওখৎ-থাক কানবগী লম্বীদা মীওইবনা কল্লক-য়েংথীবগী ফত্তবা থবক কয়া তৌদুনা পল্লিং ওইহল্লি। অদুগুম্বা ফত্তবা থবকশিং অদুগী অমুক লমল খুম্নবা হোৎনবদা লৈবাক ৱাথোক ওইহনবা অমস্থুং জাতি ময়েং তাহনবদা নত্তনা পৃথিবীগী জাতি মশেলগী মরক্তা শা-লাল তত্তনা থোকহন্দুনা মীওইবা জাতিদা অশান্তি পীদুনা মাঙনবা মরম ওইহল্লি। অসিগুম্বা ফত্তবা থবকশিং অসিদগী কন্নবগী অথোইবা পাম্বৈদি পুক্নিং লূদুনা ফত্তবশিং অসিবু তৌগে খন্দবনি। লমল খুম্নবা হোৎনরিবা অসিগুম্না লমল শিংনবদা হোৎনরবদি মীওইবা সমাজ অসি চাওখৎকনি। দেশকী য়ুম্বী ওইবীরগদৌবা নহারোলশিংনা অনি অসিবু মুম্না খঙবীদুনা অফবা ফিদম লৌবীরগা চাওখৎথাক কাবদা পাম্বৈ খরদং ওইবীনবা হায়বা ৱাখন্দা 'ফিদম' হায়বা ৱারী লাইরিক মচা অসি পাঙজদ্রবগী ৱাখলগী মমি তমজদুনা নহারোল সমাজদা খূদোল কচ্চরিবা অসি লৎনদনা তরাম্না লৌশিনবীনবা থম্মোই শেংনা চঙজরি।

নিংথেম পৃথ্রিগী থায়নগী দৃশ্য থাজবদা ৱারী-ৱাখোঙ তাকপীদুনা মিৎ পাঙহনবীবগীদমক শ্রীযুক্ত লাইতোঞ্জম কালাচান্দ সিংহ, মনাক্তা লৈবীবা সাহিত্য প্রেমি ওইবীরবা ওজাগী মফমদা পুন্সিগী কাউঙমদবা ভক্তি কচ্চরি।

**শ্রীএসং লালবাবু সিংহ**

তাং ১। ৩। ৬৪ ইং

---

# ফিদম

## কনাগী দয়নো

কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি। য়াঙৌঙন্না হৌহনা নুপীমচাশিংনা ঈরুজরগা চন্দোল-চরা থিন্দুনা মথুত্তা লৈগী য়েন্দাই পায়দুনা মহাবলি উমং তম্লক্লে। নুপামচাশিংসু থৌনা ফবা উত্তুনা শঙ্খ শঙ্খ চেম্নরক্লে। ঈমা-ঈবেলশিংসু মচা-মশূশিংগা হরাওনা লাক্লরে। মকম খুদিংদগী কোল্লুপ কোল্লুপ লাক্লবনা মহাবলি হনুমান ঠাকুরগী উমং অমসুং শ্রীগোবিন্দজীগী হরি মন্দির মনাক্লচিংবদা মীনা পূমথল থনখ্রে। মীয়ামগী নিল-খোংবনা মফমশিং অসি অঙকপা ফংনা লাংঙখ্রে। উগী উখোঙদা ফমদুনা ময়ামগী কুম্মৈ য়েংলগা পেন্নবা কাঙবু কয়াসু য়াওরি। ঙসি শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম দিন (মপোক নুমিৎ) দা থোকলিবা থৌথোকশিং অসি খন্থরুবদা থায়না ঐখোয়না অঙাং ওইরবৈদা হরাও-তয়ামলম্বা অহু নীংশিংলকই।

লৈবাক্কী ঈরং অসি য়াওদুনা চহি তরানিথোইরোম হেক্রিবা নিপামচা মরিথক চৎমিন্নরি। অনি অমদি ঈনাকখুনবা মচানি, ফজবা ফি-রোল শেং-চাই অমসুং অফবা খোঙউপ উপই। অনি অমদি মমামপা অমত্তগী পোকমিন্নবা মচীল-মনাওনি, মমা

লুখ্রাবীনা য়োক্লিবনি। মখোয়নিদি অফোৎপা ফি শেৎলি অত্থগা খোঙউপস্থু উপ্তে। লৈকাই অমত্তগী মচা ওইবনা মখোয় পূন্না লাকমিন্নত্থনা মহাবলি ঠাকুরগী যাগা য়োৌরক্লে। ঈনাকখুনবা মচা অনিনা অচা-অথক লৈরগা মখোয় মরি চামিংৈ, বল অকাম্বী লৈরগা অতিয়াদা থাগস্তুনা শান্নমিন্নৈ। অস্থুম্না পূং অত্থমলোম নুংঙাইমিন্নরকপদা ঈনাকখুনবা মচা অনিগী লুপা অমমম য়াওরকপত্থ লোইথোকখ্রে। পৈশা য়াওরবদি পুথোকলকউ, চাথোকমিন্নরসি হায়ত্থনা লায়রবা মচীল-মনাওদা মখোয় অনিনা হায়খি।

মণিনা খুম্লকই, "ঐখোয়গীদি পৈশা তরামঙাদা ময়াওরকই। মসিস্থু ঐখোয়না লৈথোকপা য়াররোই, ঈচল তোম্বীনা লাইধিবী অমা লৈরক্তবা য়াদে হায়রকই। ঈমানস্থু লৈরক্তবা য়াদে হায়ত্থনা কন্না পাওমেল্লকই। অত্থনা, অহানবদা লাইধিবী লৈরুখিসি, করিগুম্বা লেম্লবদি চাথোকসি অচাপোৎ লৈত্থনা।" মনাও থম্বালনস্থু হায়রকই, "উম, লৈদবা য়াদেবো তা-মণি। ঐখোয়গী ঈবেম্মনা থোঙ্গান্দা ঙাইত্থনা লৈরমগনি। ঈবেম্মনা কপমন্দুনা মাগী লাইধিবী লৈনবা ঈমানা মীঙোন্দগী পূত্থনা পীরকপনি।"

মখোয় অনিগী মরা তাবদা চাথোক্লসি কন্না হায়বা ঙমদ্রত্থনা লাইধিবী লৈরুরসি হায়ত্থনা য়োনকমদা চঙশিল্লক্লে। মমল ঙাঙনবদা পৈশা তরা পীবা অত্থদি ওন্থোক্না ফৎখিদ্রে, তরামঙা পীবা অত্থদি থরখিৎ মফজরে। পৈশা মঙানা মখোয় মরি চাবদা ওক্লররোই হায়ত্থনা তরামঙা পীবা অত্থ লৈথোকলে। মনাও থম্বালনা মচলগী লাইধিবী পায়ত্থনা মখোয় মরি ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। লম্বী

তংখাই চন্নকপদা নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইখ্রে। মখোয়গী ময়ুমদি সনা কোনুংগী মমাঙ ওইরম্না লৈবা নিংথেম পুখ্রিগী নোংপোক থংবদা লৈ।

চৎনা চৎনা কালানা হায়রকই, "চাক্লা চাক লাম্বনে, চৎপবু ঙমশিল্লকত্রে। মখোয়নিগী মচল অসি লুনা তৌখ্রমাল্লে। ঐখোয় অনিগী লুপা অনিদং য়াওবা অদুদি মখোয়স্তু য়াওনা চাথোকমিন্নে। হৌনবা খঙখিদ্রেদা লুখ্রাবী মচা হায়বসে। নত্রনে থম্বৌ?" "হোয়নে কালা, লিকখ্রে মচীল-মনাওসে। পীজনীংদবা মচৎসিনা ফুরিৎ শেগায়বা লিংলিবা অসিনি। করি হায়বগে? হাঃ হাঃ!"

অসিগুম্বা থম্মোই শোকপা রাঙাঙশিং অসিনা লায়রবা মচীল-মনাওগী থম্মোই কায়খ্রে, অমুক তূমিন্না লৈবা ঙমদ্রহুনা হায়রকই, "করি কালা? থম্বৌ? নখোয় অনিনা ঈনাকখুনবা মচানি হায়দুনা উশিত্তুনা মীগী মমা-মপা পীবন-পাবন্নদুনা ঙাঙবা য়াত্রা? ঐখোয়না নখোয়গী নপোৎ লাক্তুনা চাবরা? নখোয়না পীজবগী চাবনি। অদুম্না ঙাঙলক্কনি খঙজরম্লবদি চাজরমলোই-দৌবনি। ঈচীল-ঈনাওনা নখোয় অনিদা লুপা অমা শিংলকখিগনি। ঙসি হুমনি-মরিনি অসিদা শোয়দনা পীরক্কনি ভায়। অদুগা মসিমদি হায়বীগে, নখোয় ঐখোয় মতুংদদি খক তিন্নরনুসিকো। ঙাঙবা য়াই হায়দুনা মতুংদা অদুম্না খক ঙাঙজনু, নথরাই অরেম্বদা মাঙজগনি।" মনাও থম্বালনস্তু হায়রকই, "মখোয়নি অসি ওস্থোক্লা মবুক ফৎখিদ্রে। ঈবেম্মনা কপলমগনি হায়দুনা তৌবনি, ঐখোয়বু পোৎলিকপা হেক তাহল্লে।"

অস্থুম্মা মখল মখা অয়াম্বা রা ঙাঙনরকপদগী শাউনরক্তুনা ফুনবা হৌরক্লে। মচীল-মনাওনা মীচঙ অমা ওইরে, মখোয় অনিনা মীচঙ অমা ওইরে। চাউবা মখোয়না খরখিৎ হেনখিবনা মচীল-মনাওনা খরা নোপলে। মী খরখিৎ লৎপা মতম ওইবনা খাম্বীনীংঙাইস্থু লৈত্রে। লম্বীগী নাকন্দা তারিবা নুং পায়দুনা থানরে, মহৈ মহৈ শোক্লরে। লাইবক থীবদগী মনাওনুপা থম্বালদি মকোক্তা অমদি মখোরীদা নুংনা পাল্লে, শোরোক্কী নাকল ওইরপ তৌনা হাইথখ্রে। মনাওনা বোম হাইখদুনা তুরগা ফ্রং ফ্রং চোংবা অদুদা ময়াম্বা মণি য়েনবা তোক্তুনা মনাওগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লে। তাঞ্জা অসিদা থাল্লপ্পা পাখং অনিনা উরদুনা খাম্বা কন্না চেল্লক্লে। অদু ফাওবদা ফত্রবা অঙাং অনিসিনা শাউবা তোকলমদ্রি। মনাওগী অরাবা উবদা ময়াম্বনা মখোয়দা খুৎ হনবা ঙমখিদ্রে। মিকুপ খরগী মনুংদা মহাকস্থু জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা হাইথখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা পাখং অনি অদুস্থু মক্ষম অদুদা থুংলরে। শাউদুনা লেপ্পিবা মখোয় অনিবু চৈরে, নখোয় চৎখিবা য়াদে হায়দুনা খাম্নগা তুরিবা মচীল-মনাওগী মনাক্তা অমমম চঙদুনা লায়কন্নখ্রে। অস্থুম তৌরিবৈদা মখোয় অনিদি চেনখিদুনা মশক উখিদ্রে। অমমম, অনিনি লাকপনা মক্ষম অদু মীনা থল্লক্লে। ঙাইহাক্কী মতুংদা ময়াম্বদি জ্ঞান লাক্লে, হৌনত্তুনা মনাওগী মনাক্তা চঙলকপা মতমদদি কৌবা খুমখিদ্রে। নুংশিরবা মনাওগী থরায়গা হকচাংগা কায়নদুনা শোরোক্কী য়াংবী নক্তা উতুপ তাগুম য়াঙাখ্রে। থোল্লিবা মক্ষম অসি ব্রাংখৈ

শোরোক্তগী নিংথেম পূখ্রি তম্না নোংপোক পাংনা চৎখ্রিবা লম্বী মতেক অহুগী ময়াই ওইরপ তৌবা মফমদনি।

মীগী মচীন্দগী পাউ তারক্লহুনা লাইবক থীরবী মমানা ফনেক খোংদাই শেত্তুনা মশম-মনা ঈফা ফানা অঙাওবীগুম্না চেল্লক্লে। মচাগী মনাক য়ৌরক্লবদা শিরিবা মচাগী অনৌবা হকচাংবু মথাদা কোন্দুনা নোং খোংবগুম্না কপলক্লে। পলেম-মমাগী য়াল্লা তাদনা খোমলেন তূমখুল তানবগুম্না য়াতাখ্রে। মচা অহুম থাকপদা নোংমতা চারা মবুক থঞ্জত্রেবী মমানা কপলকই, "পাল্লী ঈবুংঙো নুংশিবা! ঈমাগী ঙসি খোমলেন মঙলান চান্দা অপুম্বা শরেং শেল্লম্মী, তুক্কচরবা ঙা অহু শেম্বদা ঈমানা ওরম্মী। কোরৌ-থক্তা কাখ্রবা নংবু পোকপা পম্বৌনা মহু নথম্তা চাগদৌবনি, নচাশিং পীজরুনু হায়রম্মী। ঙাইহাক লৈরগা নপানা অশেম্বা ঙা অহু ফিগাওদা য়োমশিনখিরম্মী। ঐ চৎলগে লৈহৌরো হায়রুনা হেক তৌগৎখিবদা অশেম্বা ঙা অহু ঈচাগী মূর্ত্তি ওক্লীখিরম্মী। ঈচা পুবীখিনু হায়রুনা ঈমাগা ভাম্নৈ, তানবা ফংহৌদ্রে। ঈমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা! অসি থোকদৌবা অসিনা ওইরে নহাক্তি! ঈমাগী ঈবুংঙো লায়রবা! ঈচাবু কনানা য়াম্বী মাঙহল্লিবনো! ঈনাদা অমুক্তা তাকউ! ঈমানা ঈচাগী লমল খুল্লক্কে!"

মণি, "ঈমা! ঈনাওবু হাৎলিবা অসি ঈনাকথুনবা মচা, ফত্রবা কালাগা থম্বৌগনি। থম্বৌনা মকোক্তা নুংনা থাই,

কালানা হুন্নকপা নুংনা ঈনাওগী খোরীদা পান্দুনা খোরী কায়বনি। ঈমা! নচানা শোয়দনা ঈনাওগী লমল খুমগনি।"

অস্তুন্না মরাঙ মরাঙ তৌহুনা লৈবা পুংখায় ফারক্লে। লম্বীচংপা মীনা থানাদা রিপোর্ট তৌবীরমহুনা মফম'হুদা জীপ গাড়ী অমদা থানাগী বাবুশিং লাক্লে। থানা বাবুশিং থুংলবদা লৈরম্বা মীশিং অহু খরা হন্দোক্লে। থোক্লিবা থৌথোক্কী সাক্ষী-সাবোন হংবদা পাখং অনি অসিনা উহৌবা মরমশিং অহু চপ চানা খুমখি। মমা-মচাগী মতৌ উবদা থম্মোই শোকখ্রহুনা মখোয়না লেঙদ্রবা সাক্ষী ওইগনি হায়হুনা মপাম্বোম তিংবীখি। মতৌ উবদা মীয়ান্না মখোয়বু থাগৎনখি। থানাগী হৌনবা মথৌ লোইরগা জীপ্তা মমা-মচা অমস্থং পাখং অনি অহুগা লোয়ননা ডাক্তরদা পুখ্রে। অশিবা মচাগা মমাগা ডাক্তরদা থনম্লগা ময়াম্বগা পাখং অনি অহুগা লোয়ননা কালা-থম্বৌগী ময়ুমদা অমুক লাক্লে। মমা-মপাশিংনা মখোয়বু লোৎখ্রে। কালানা নাবা নুমিৎ হুম্নি শুরে হায়হুনা ডাক্তর অমনা লায়েংশিন্নরম্মী, থম্বৌনা নহালদগী মবোকখোয়দা লৈখি হায়হুনা খুমখি।

ঈনাকখুনবা মমা-মপাশিংনা লাক্লিবা থানা বাবুশিংদা লুপা লিশিং অমা, সাক্ষী পাখং অনিদা লুপা চনি-চনি পীহুনা রা মেনখ্রে। শেল ফংলবদা মখোয় লোইনা তেখ্রে। অঙকপনি শেল! নহাক্কী নগুণ অসি অঙকপনি। নহাকপু পাম্বদগী মীওইবগী পুক্নিংবু লৈগুম্না থোৎহল্লি, নুংগুম্না কলহল্লি, মৈগুম্না শাহল্লি। ফত্তবা থবক্তা নহাক্না ছিনাও শাহুনা তাইবং জীববু

মাঙনবা শীনবা অসিদদি তোক্লোগবা তাইবং য়াইফনবা।

থানা বাবুশিংনা হৃনথ্রবদা ঈনাকখুনবা মপা অনি ৱানোম্বা চেন্নখ্রে। অমনা উকিলদা অমনা ৱায়েলবা অঙম্বশিংদা চংখ্রে, মচাশিংবু ফাঁসিগী শগাইদগী কনবা ঙম্নবা কন্না হোৎনখ্রে।

# বিচার

মতূং নুমিৎ তরানিরোম লৈরগা মীহাৎপগী বিচার তৌরে। বিচার নুমিত্তা মঙ ফাওবদা থোক্লরোইদৌবা থৌদোক অমা থোকখি, মহুদি—সাক্ষী অনিনা খুমখি, "ঐখোয় অনিনা থবক চৎলুবা হল্লকপা নুমিৎ য়ুংবা মতম অদ্বায়দা লাপলপ্পা অঙাং অনি নূংনা থানবা উখি। খরা চাউবা অঙাংনা হুল্লকপা নূংনা অপিকপা অঙাংগী মকোক অমস্তুং মখৌরীদা পান্দুনা তুখি। ঐখোয়না চেনশিন্দুনা য়েংবদা তুরিবা অঙাং অহু শোর থিংহুনা লৈরম্লে। ময়াম্না লায়কল্লবা ঙমদহুনা লৈরিঙৈদা থানা লাক্কুনা ডাক্তরদা পুখিবনি। হৎনবদা, নূং থারিবা অঙাং অহুদি অতৈ নৎলমদ্রে, ময়াম্বা ওইরম্লে। মচীল-মনাও খৎনবদগী তৌরিবনি হায়।" অহুমশুবা সাক্ষী অমস্তু থোরক্কুনা খুমখি, "থাঙ্গৈশেংনা মচীল-মনাও খৎনবদগী শাউনহুনা তৌখিবনি, হাৎকে তৌবা নত্তে, শোয়নখিবনি।"

অশেংবা মীহাৎপা কালা-থম্বৌ অনিদি নুমিৎ নিনি-হুম্নি ৱাৎলিঙৈগী মমাঙদগী নাহুনা লৈ অমস্তুং মবোক্কীদা লৈখি

হায়বনচিংবা খুমখি। মতুগীদমক মতিক চাবা সাক্ষী পুথোক্নুনা ব্বারেপ্পবদা মখোয় অনিগী কেশ ককখি। কনা লৈজক্রবা লুখ্রাবী মচাগী মক্মদদি মতিক চাবা মী অমত্তা সাক্ষী ওইনবা চোংথোক-পীরকত্রে, উকিল নেক্লবা শেলস্থু লৈজখিদ্রে, চারা নামা হেল্লিবা মচানি।

কেশ ওম্লবগীদমক হায়জিনবা অমনা—'কালা-থম্বৌ অনিগা মচীল-মনাওগা নুমিৎ খরগী মমাঙদা খৎনখি। খৎনবগী মরমদি—কালাগী ময়ুমদা লাক্লগা মীরক-নারক্তা মণিনা লুপা মঙাচংপী নোট অমা হূত্নুনা পুখিবদগীনি। খঙনরক্লবদা কালাগী মমানা ময়ুমদা চত্নুনা হংবদা লৌদে হায়। চিংনত্নুনা থিনবদা হুকান্দগী চেং ব্বান্দুনা চাথোকখিবা ওইরম্লে। মতুগীদমক মণিগী মমাগা কালাগী মমাগা য়াম্না শীনা খৎনখি। মতুগী নোংঙাল্লগা মচীল-মনাওগা কালা-থম্বৌগা মীচঙ মীচঙ ওইত্নুনা য়াম্না য়েনখি। মলোম অসি লৈবনা মনাও শোক্লিবা অসি কালা-থম্বৌদা থৈজিল্লিবনি।" অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা মতিক চাবা সাক্ষী-সাবোন পুথোক্নুনা ব্বারেপ্পবগী বিচারস্থু নুনিৎ অসিদা তৌত্নুনা কেশ ককনবদা মতেঙ ওইনহনখি।

অস্নুম্না, জগৎনা হৌনক্রবা ধর্ম্ম চত্নুনা লাঙক্রবা, লায়রবা মচা মণি মনাও হাৎপগী অরাবা দণ্ডি ফংবা তাখি। অত্নুবু, অঙাং ঙাক্নি, শোয়খিবদগী তৌনরিবনি হায়ত্নুনা চহি অমা জেল লৈবগী হুকুম ব্বারেপ তাখি।

ব্বারেপ-হুকুম ফংবদা কনা লৈজক্রবা মতু শোল্লবা লুখ্রাবী

মমা-মচাগী কোকথক্তা ব্রজ কোটি তাবগুম্মা ৱাখি। মমা-মচা জ্ঞান মাঙহনা লৈমায়দা তুখি। পুংখায় অমরোমগী মতুংদা জ্ঞান লাক্লখি। অরাবগী মথক্তা অরাবগী অরূম্বা কোকথোংনা নন্দুনা ময়াম্বা মণি জেল চঙখি। লায়ররবী লুখ্রাবীনা মশম-মনা ঈফা ফানা অঙাওবী শক্তম লৌহনা লায়রখাংপোক্তা হল্লকখি। মচানুপী পিক্লিবী অহুগী ৱাখল খল্লবদা ময়ুমদা হঙ্গিল্লিবনি, নত্রবদি মফম খঙদনা অহুম চৎথ্রগদৌবনি।

অরাবনি! সংসারদা মখোয়গীনি হায়বা কনা অমত্তা লৈখিদ্রে। মখোয়বু চুমই হায়হনা ফোংনা হায়নবা ফাওবা ঙম্মখিদ্রে। মহু কালা-থম্বৌ অনিগী ঈনাকখুনবা, খুৎকন পাঙ্গনবা মমা-মপাশিংবু কিবদগীনি।

হে ঈশ্বর! নহাক্না শেম্বা তাইবংদা অসিগুম্বা থৌথোক কয়া থোকহন্দুনা, মীওইবগী ইজৎ মাঙহন্দুনা, মীওইববু শাদগী হেন্না তোলহল্লি মরক মরক্তা! অসিগুম্বা ফত্তবা লমচৎ-শাজৎকী ৱাখল অসি মীওইবগী মফমদগী থাদ্না চৎহনবীখোবা কৈদৌগে?

---

# থাদোকপা

ময়ুমদা হল্লক্লগা লুখ্রাবী ৱাধেনা মাঙ্গোন্দা ফমহনা কোরৌথক্তা কাপ্রবা মপুরোইববু অমসুং মচাবু কৌহনা তেংথাখি। জেন্দা লৈখিবা মপারী অহলবুস্থ শিখিবগুম্মা কৌহনা কপখি। মহাক অহিং অসিমা চারা হেল্লে, যুমলোম্নবনা পীজবস্থ চাদ্রে, পিক্লিবী

মচানুপী অহুদা মপীজরগা তোক্লে। মহাক্কী অরাবা হায়নীংঙাই পান্দম লৈখিদ্রে। মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী ঈপাক-চাংজোদগী মহাক্কী অরাবা ঈপাক্কী চাংজোনা হেন্না পাকই। হায়রিবা অসি শিখ্রিবা মচাগী কর্ম লোইবা মতূং হুম্নি-মরিনিদা ঙায়রিবা মতমনি। কর্মদি শাগৈগী পুরোহিতনা মমিংদা ওইনবা শোনবীখি। মহুস্মু খল্লুবদা থাগৎনীংঙাইনি।

নোংঙাল্লগা মচানুপী পোহ্নুনা কপ্পা কপ্পা জেল তান্না লাক্লে। মহাক্কা হায়জবদগী ঙাইহাক্তং মমা-মচা উনহল্লে। মতম লোইরে চৎলো হায়হুনা অমুক তান্থোরক্লে। মশম ঈফা ফানা কপ্তুনা চৎলিবী মহাক অসি মখোল থোকত্রে। অচৎ-অওক্পা লেপ্তুনা য়েংনৈ অমস্তুং থম্মোই কায়নবগী মশক ওইত্রে। মহাক ময়ুমদা অমুক হল্লে, কপ্তুনা মফম খঙদনা কোয়চৎ চৎপা হৌরক্লে। মনঙ্গন্দা পোরিবী জ্ঞান লৈজদ্রিবী মচানা অরাম-খৌরাংবগী মৈচাক্পা কপলক্লবদা মতা চাবা য়ুম অমদা চঙত্রে। য়ুম্মু অহুনা মমা-মচাগী মতৌ উবদা অমস্তুং মচীন্দা তক্তুনা শোল্লিবা চোইরোল তাবদা থোকখ্রিবা থৌথোকশিংগী মরম খঙবা ঙমই অমস্তুং থম্মোই কায়খ্রে। মখোয়না মমা-মচাবু নিংথিনা সেবা তৌহুনা মবুক থলহনখি। অসিগুম্বা অতিথি সেবাগী ফজবা অসি মৈতৈ সমাজগী মীপূম খুদিংদা লৈ। মসি পৃথিবীগী জাতিশিংগী মরক্তা লেমজনীংঙাইগী মশক্নি।

অম্মুন্না কোয়চৎ চত্তুনা নুমিৎ মরি-মঙানিরোম লৈরক্লে, ময়ুমদা খক হজ্জিন্দ্রে। উখোঙ-ৱাখোঙ অমস্তুং কৈথেল শঙদা মমা-মচাগী

য়ারেকফম ওইখ্রে। নিতিগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা মতমদদি ক্ষাদোপ তারিবা মচাগী মনাক্তা লাক্কুনা উনরৈ। মমাগী অৱাবা উবদা মণিনা হায়খি, "ঈমা! থোইনা ৱাবীরগনু, ঈশ্বরগী নোংদমদগী অসিগুম্বা অৱাবা অসি থোক্লিবনি। লাঞ্জদ্রবা ঐখোয়বু হৌজিক অৱানবা তাহল্লে। মীওইবগী মপোক্তা লায়রবশিংগী অমস্তুং মপা লৈতবা মচাশিংগী লৈফম লৈত্রে। অদুবু, লান্দ্রগা লোইরে! নোংমদি ঐখোয়গী মতম শোয়দনা লাকখিগনি। ঐনা জেন্দগী থোরক্লগা ঈনাওগী লমল শিংহুনা ঈমাগী সেবা মতৌ করম্না তৌগদগে হায়বা অদু হোৎনজগে। মফমসিদা অমুক লাকপীরগনু, ঈমাগী ৱাবা হেনগনি। ঈচল তোম্বীবু থাক্কুনা নাদ-য়েক্কনা য়ুমদা লৈবীয়ু।" পিক্লিবা মচাগী মচীন্দগী তম্বদা থাজদ্রবা ৱাঙাঙ তাবদা মমাগী পেঙবা লোইরে, অদুন্নদি ওইরবদা অৱাবা মৈচাক্তি কোকপা ঙমখিদ্রে। মসিগী মতুং নুমিৎ হুম্নি শুবদগীদি জেল পান্নরিবশিংনস্থু মহাক্না চঙলকপা থিংখ্রে। হৌজিক মহাক মফম খঙদনা ঙাওচৎনবা হেল্লক্লে। কৈরোই-লৈকাই অমস্তুং মরী-মতাগী মীশিংনা খাম্বা অমদি ঙাওবা-শকপা করি অমত্তা লৌখিদ্রে।

হন্দক্তি মহাক্না ৱাখল অমা খল্লক্লদুনা অহিং অথেঙবদা কালাগী ময়ুমদা লাক্লে। মখোয়গী মমাঙ শঙ্গোইগী কাচিন্দা মমা-মচা ফি শেগায়রবা অমা কোন্নরদুনা য়ারেক্লরে। মমা-মচাগী অৱাবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা ঈশ্বরনা ঈমুং অদুগী মীপুম খুদিংদা অকিবা অমদি অৱাবা মঙ মঙহনখি।

অঙাং কালাগী মমঙদনা মণিগী মমানা অহিংদা মচা পোল্লুনা লাক্লম্মী। মহাক্কী মখুত্তা থাঙ অমস্তু পায়রম্মী। হায়রিবা অসি নোংঙাল্লমদাইগী মতমনি। নোং হেক ঙানবদা কালানা ঈহান হান্না থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোক্লম্মী। খঙহৌদনা চেনশিল্লক্তুনা মানা মহাক্কী মথবাক্তা থাঙনা থিল্লম্মী। থাঙগী চৈনাখোল ফংলল্লুনা মহাক কল্লা লাউরগা লৈমায়দ হাইথরম্মী। মমঙদা কল্লা লাউল্লুনা কপলকপদা ময়াম্না তানরক্তুনা হৌদোক্লম্মী। মিকপ থোক্লবদা মমা-মপাদা মহাক্কী অকিবা থৌথোক অসি তমখি। হায়রিবা মতম অসি নোংঙানগদৌবা পূং অমরোমদা মঙায়রে। অল্লুনা, মখোয় লোইনা হৌগত্তুনা মৈনাক্তা ফম্লগা মাগী মাগী মমঙ ওম্লল্লুনা লৈনরে।

নোং ঙাল্লুনা ক্বাক হেক খোংবা মতমদা মখোয় তুংথ-মাঙথ মপান থোরক্লে। মখোয় তুলশিবৃন্দা পরেং ফমল্লুনা মখুৎ লোন্নরগা বৃন্দারাণীদা খুরুমল্লুনা ফত্তবা থোক্তনবা ঙাকথোকপীয়ু অমস্তুং মখোয়গী লানখিবা মরাল ঙাকপীয়ু হায়ল্লুনা খুরুমজখি। মখোয়না তৌরিবা মতৌ অসি শঙ্গাইদা লৈরিবী মমা-মচানা য়ুম্না য়েংল্লুনা লৈরম্মী। ফমলম্বদগী মহাক মচা পমল্লুনা হৌগৎলক্লে। 'নখোয়গী নরেন্দ্র ঐনা ঙাকপীগদৌবনি, লাইনা ঙাকপীবা ঙমলোই, ঐঙোন্দা খুরুমজৌ।' হায়ল্লুনা কল্লা লাউল্লুনা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা চেনশিল্লক্লে। মহাক্কী অকিবা শকক্ম অত্তু মখোয়না ভৈরবীগী অকিবা মূর্ত্তি ওইনা উখি। মস্তুং মঙদি থৌথোক অত্তু শোয়দ্রে হায়ল্লুনা হৌল্লুনা ঈমুংদা চেনশিল্লক্লে। মখোয়না থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখিবা উবদা করিস্তু

তৌবীরোই থোরকউ হায়না কন্না লাউরগা খাক্না খাক্না নোক্লক্লে। মখোল তারগা অমুক হেন্না অকিবা পোক্তুনা মখোয় থক থক নিক্লখ্রে।

ঙাইহাক অহুন্না লৈরগা জ্ঞান তানরক্তুনা কালাগী মপা যহুনা শাজেল তৌনা মপান থোরক্লে। মুন্না য়েংবদা অঙাওবীগী শকফন্না ঈচম চন্না লেপ্তুনা লৈবা উবদা ময়াম কৌথোরক্লে, ময়ামস্থু খোরক্লে। মখোয়গী মশক উবদা লুখ্রাবী রাধে মখোল থোক্না কপলক্লে অমস্থুং মচাবু হাৎলগা লাঞ্জব্রবা মচা অমবু নত্তবা রা থৈজিন্দুনা করিগী জেল পীরিবনো হায়হুনা থীনা থীনা চৈরক্লে। মহাক্কী রা অচুম্বা ঙাক্নি, অহুন্নদি ওইরবদা অঙাওবীগী চোইরোলস্থু য়াম্না য়াওরি। হৌজিক মহাক মখোল শেল্লে, অহুক কন্না লাউবা অহু মিরবী খোঞ্জেন্দগী হেন্দ্রে।

মহাক্কী অরাবা মতৌ য়েংবা ঙমদ্রহুনা যহুনা হায়রকই, "ঈচেগী নতৌ য়েংবদা য়াম্না রারে। নচা মণি ঙসিমক জেন্দগী লৌথোক্লসি, ঐখোয়না হায়বা য়াও। নহাক্কী নচীন্দা য়েক্লবগী রাঙাঙ ঙাঙালিবা অহুস্থু তোক্লো, মীনা করি করি খল্লনি।" রাধেনা খুল্লকই, "লান্দ্রবা ঈচাবু জেন্দগী থাদোকপীগনি হায়রবদি য়েক্লবগী রাঙাঙ অমুক হন্না ঙাঙজররোই, নখোয়না হায়বা য়াজরগে, হৌজিকমক চৎলসি ঈচা পীরো।" অস্থুন্না খুল্লকপা রাঙাঙ তাবদা থাজনবা রাশকহল্লে। অহুগী মতুংদা চাক-ঈশিং চা-থক্লগা রায়েল শঙদা চৎনবা থৌরাঙ তৌহুনা লৈনখ্রে। তাল্লক অসিদা যহুনা থম্বৌগী মপা কমলগী ময়ুমদা চত্তুনা রা তানখ্রে। লাল্লিবদি

মখোয়নিনা অকিবা অমস্থু পোকই অদুগা নুংঙাইতবা অমস্থু য়াওই। অদুনা, মখোয়নি উকিলদা চত্তুনা মণিবু থাদোক্লবা ব্রা তানখ্রে।

অয়ুক পূং ১০ রোম তাবদা মমা-মচা পুন্থনা যদু-কমল রায়েল শঙদা কারক্লে। দরখাস্থ অমা উকিলগা তানদুনা ইরগা থাখ্রে। দরখাস্থকী অশম্বা মরোন্দি 'ঈচা থম্বাল শিখিবগা ময়াম্বা মণিনা জেন্দা লৈখিবগা মৈচাক অনিনা ঐগী অরাবা ঙমখৈ লৈতদুনা ঙাওচৎনরে। ঐ অমুক খাঙদুনা হিংদুনা লৈবা ঙমজদ্রে। পুন্নমক ঈচাগী মরাইবক্তা তমগ্রবননি, ময়াম্ববু ঙসিমক জেন্দগী থাদোকপীয়ু। ঐহাক্কী অরাবা মৈচাক নেমজরগে, নত্রবদি ঐহাক ইথন্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজরগনি।'

অসিগুম্বা রারোলনা লেংবা অশাংবা দরখাস্থতা লুখ্রাবী রাধেনা সসি তৌবনি। উকিলনস্থু মদুগী মরমদা রা ঙাঙবীদুনা মচাবু থাদোক্লবা হোৎনবীখি। দরখাস্থকী মতূং ইন্না মচা মণি জেন্দগী লৌথোকলুরগা মমাদা শিন্নখ্রে। মচা ফংলবী মমানা অরাবা খরা নেমজদুনা মমা-মচা কোন্নদুনা কপমিন্নরে। অদুগী মতূংদা মচাবু মমাঙদা থাদুনা লায়র খাংপোক তম্লক্লে। মতূংদদি মখোয়গী মরমদা ফত্তবা অমদি য়েংথীবা রা অমত্তা ঙাঙলনু অদুগা অমুক হন্নস্থু লাক্লনু হায়দুনা লুপা ৫'০০ (মঙা) খক পীরম্মী। লাইবক থীরবী রাধেনা মচা অনিগা লোয়ননা লোইদাম থাবম অনিরোম থাদোকলুরবা ময়ুমদা চঙখি। নুমিৎ অসিদগী হৌনা মখোয়গী অরাবা হান্নদগী খরদং নেমজখি। অদুন্নদি ওইরবদা, ধর্ম্ম কায়রবা

থবক অসিগী নুংঙাইতবদি হন্দকী মপোক্কী খক কাউবা ঙম্লোইদৌরি। মতম চারবা কান্দা অমুক্তং লমল শিংগে হায়না মমা মচা রাশরুখি।

---

# অনৌবা পুন্সি

জেন্দগী থাদোক্লকপা মতূং নুমিৎ হুমনি ফাওবদি মমা-মচা মখোয় অহুম মখোয়না পীরম্বা শেল অহুনা মবুক থন্না চাবা ঙম্লম্মী। শেল লোইখ্রবদা হান্নগুম্না মীগী শিনশূ লঙহুনা মচা থাকপা ঙম্নবা কোয়চৎ চৎপা তারম্মী। মচা অহুম তেক্ত-কায়দ্রি-ডৈদদি মপাঙ্গল কেম্বা মখৈ শূরগা মচাশিং মবুক থলহল্লগা মাদি চারা হেনবনা কোঙ্গায়নি। অহুবু, মচাশিংগী কুম্মৈ য়েংজরগা পেঞ্জরবী মমানা অরাম থৌরাংবা কোঙ্গায় খাঙবদা থোইনা লূবা থবক নৎলমদে। কয়াদা লুখ্রবা মচাগী বাৎসল্য প্রেমনো, খল্লুবদা মিত্তা পি তাদবা ঙমদে। অসিগুম্নবী মহাক্না হন্দক্তি মীগী শিনশূ লঙবা চৎপস্তু হঙ্গোইবা অমদি চিংনবা পোকলে, মাগী তুংদা মচা অনিবু মীনা করি তৌবীরমগদগে খল্লে। অহুনা, মমা-মচা অহুম খোঙ্গাপ অমত্তা থানদবা তারম্মী। মহাক্কী রাখল অঙকপনি, নোংমগী চাদবা য়াদবা মীওইবগী মপোকনি।

অসিগুম্বা অরাবা রাখল খন্দুনা মরিনি শুবা নুমিত্তা চাবা মবুক থন্দনা অহিং তুম্নবা ফমুংদা হিপলম্মী। হিপলমদাইদা য়ুমগী লাইনিংথৌ ( সনামহি-লৈমরেল ) বু খুরুমহুনা মচা থাকপা ঙম্নবা পাঙ্গল-শক্তি পীনবীয়ু হায়না খৌনিজরম্মী। লৈখিদ্রবা মচা

অমস্থং মপুরোইববু খল্লুবদা ৱাখিবনা আত্মা পুবা ঙমখিদ্রে। অৱাবা মৈচাক খাঙবা ঙম্নবা মখুত্তা হরি-নাম শোল্লগা খোয়দৌ নমথজরি। অস্থুম্না পুং ২ রোম লৈরক্লবদা অহিংগী মবেম্মা নিদ্রা দেবী থুংলরে, নিদ্রাগী তম্পাক্তা লায়ররবী খোমলেন তুমখুন তানথ্রে। মহাক্কী মমঙদা মকোই মরাং চোম্বা, মশম অঙৌবা শাংনা হৌবা, লৈঙাং শংবা কি শেৎপা অহল অমা ময়ুমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মাগী লৈজবা হৈ অহুমথক কত্তুনা খুরুমলম্মী। পেল্লহুনা অতিথি অসিনা হায়রম্মী, "ঐদি নংনা লুনা নীংলিবা য়ুমগী মপু লাইনিংথৌনি। নহানমখৈদি ঐনা নখোয়বু থাদোক্তুনা চৎলুবনি। মহু নখোয়গী হৌখবা মপোক্কী কর্ম্ম-দষতগী থোকখিবনি। হৌজিক্তি ঐহাক নখোয়বু থাদোক্তুনা অমুক চৎলরোই, নখোয়বু কোল্লগনি। হায়গদৌবা অমদি—নিতিগী ঐবু খুরুমজৌ, ভক্তি তৌজৌ। অহুগা, নচা থাকপা ঙম্নবগীদমক নখোয়গী মনীংদা লৈরিবা নিংথেম পূত্রি অসি লৈরে। মসি অচম্বা পূত্রি নত্তে, গরিবনিৱাজ নিংথৌগী ননা হাক্তক্তা তৌরম্বা, কোলোয় মিংচৎ ফজরবা লাইগী মশক ওইরবা পূত্রিনি। অসিগুম্নবা পূত্রি অসিদা চঙজৌ। চেং-থোইদিং, লৈ-শু কত্তুনা পূজা তৌ।

অতোপ্পা ৱারী অমস্থু লীবীগে তাজৌ—থায়না পূত্রি অসি তৌবা লোইরহুনা পূত্রি হো খি। মহুদা, পূত্রিগী ময়ায়দা অচৌবা পূত্রি অমগুম্না তৌথথ্রগা ময়ায়দা ময়ুর অচৌবা অমা য়ুংখি। লৈবাক্কী মাইবা-মাইবী, অঙম-অথৌ অমস্থুং প্রজাশিংগা লোয়নননা পূত্রি হোঙবদা ঈশিং মরিক অমত্তা থোরকখিদ্রে। করম্না ঈরাৎ

পুজা তৌরগা শেংলবী গঙ্গানা চাংজৌ ঈথলহনবা ঙমগদগে হায়দুনা খন্নরক্লে। ব্রহ্মাণীগী অমৃত খোম্লাংনা ময়ুর মখোঙদা শুমথদুনা ঈরাৎলগা ঈশিং ফাওরক্কনি হায়দুনা লৈবাক্কী মাইবা-পাঞ্জিনা ফাওরক্লে। লৈবাক-প্রজা চঙদুনা থিবদা মচা অনৌবা চেল্লবী ব্রাহ্মণী অমা ফংলদুনা পৃথ্রিগী মনুংদা পুথরগা পুজা কত্তুনা ময়ুর মখোঙদা অমৃত খোম্লাং শুমথহনখি। অমৃতনা ময়ুরগী মখোঙদা হেক চোৎপগা খঙহৌদনা ঈশিং কাপখৎলকখি। ঈহৌ চাউবা অস্থুম অস্থুম হেঙ্গৎলক্তুনা মনুংগী অরুবা পৃথ্রি অদু ঈশিং থনগৎলকখি। প্রজা মীয়াম পূম্বা শিবা তারে হায়দুনা চেনখৎনরক্লে। অরাবনি! অমৃতনা মশা লুম্লবী, খোমনৌ চেল্লবী পাঙ্গল শোল্লবী অডুদি চেনখৎপা ঙমহৌদদুনা লাইজ ঈরোল্লুংদা পঞ্চ প্রাণ মাঙখি, ময়াম্না মাগী মশক অমুক উবা ফংখিদ্রে। মপাগী মনাক্তা লৈহৌরিবা অপিকপা মচানা পলেমগী খোম্লাং লাম্লক্লদুনা রান্থ-রান্থ কপখি। অহিং তাংলৌ থেংলক্লবদা মমাগী আত্মানা অঙকপা শক্তম লৌদুনা মচা পীয়ু হায়দুনা য়ুমগী থোঙদা গীল্লে। মচাগী মৈচাক পুবদা রাবগা মমাগী আত্মানা তৌররিবা অঙকপা থৌদোক অদুগনা ঙকপগা ব্রাহ্মণ মপা অসি অঙাওবা পান্দয়ে। নুমিৎ খরা লৈরগা অওইব পরিচয় য়েংলগে হায়দুনা নোংমদি অঙাং পুরগা অহিং তাংলৌ অথেঙবদা পৃথ্রিগী মনাক্তা লাক্লে। পৃথ্রিগী চাংজৌ ঈপান্দা অপিকপা মচা থম্নগা করি তৌরকপগে য়েংলগে খন্দুনা ব্রাহ্মণ অসি বাজী-খোংনাংগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। পলেম নৌনা শেৎনরবা, অমৃত খোম্লাং লাম্বনা মবুক শিৎলবা মচানা চীক্লবা

ঈশিং মপান্দা রান্থ-রান্থ কপচখি। মচাগী খোঞ্জেল তারবী মমাগী আত্মাগী ভূতনা থাঙ্গৈশেংবী মমাগী শক্তম লৌহুনা ঈশিংদগী কাখৎ-লল্লগা মচাবু পমখত্তুনা চুপলম্মী। অহুক কপলম্বা মচা অহু হৌজিক কপ্পা তোকখ্রে। লোৎলিবা মপানা তৌরিবা মতৌ অসি উবদা ঙম্লবদি ফাহৌগে খন্দুনা লোন্না চঙশিল্লম্মী। মীগী ইনিল ফংবদা মচা পমলহুনা মহাক ঈশিংদা চোংথখ্রে, ঈরোম্নুংদা মমা-মচা লুপথখ্রে। মদোম লৈহৌরবা মপানা চাংজৌ ঈথক্তা মমা-মচাবু কৌহুনা কপহৌই। অস্তুম্না অরাবা কোঙ্গায় খাঙহুনা ব্রাহ্মণ অসি তাইবংলক্তা লৈহৌই। মসি থাজদ্রগা মৈতৈগী অহল-লম্মন্দা হংজৌ, অশেংবনি।

অহুনা, অহুগুম্লবী ব্রাহ্মণী অহুনা পৃথ্রি অসিদা তৌবা ঙম্বগী শক্তি খরা লৈ। মহাকপুম্ব খুরুমজহুনা, মহাক্না মচা নুংশিবগুম্না নুংশিরবা নচাবু থাকপা ঙম্লবা পাঙ্গল-শক্তি পীনবীয়ু হায়না থৌনি-জহুনা নিতিগী পৃথ্রি অসিদা ঈল চিংউ। অফাবা ঙা অহু য়োল্লগা অপাম্বা পোৎ লৈহুনা নচা থাকউ, অরেম্বনা তূংশিন্দুনা থমউ।”

অস্তুম্না রারী লীবা হেক লোইবগা লাক্লিবা অহল অসি ঈমুংদা চঙখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা মহাক মঙফাওনরক্তুনা মিকপ থোরক্লে। খল্লুবদা অকিবা অমস্তু পোই, নুংঙাইবা অমস্তু পোকই। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবদবু কিফম থোক্তে খন্দুনা মচা অনি হৌদোক্লগা মৈ থাঙত্তুনা লাইনিংথৌ খুরুমজরে। ঙাইহাক লৈরগা নোংঙাল্লহুনা মমা-মচা মপান থোরক্লে। য়ুমগী থবক-ইস্থাং লোই-শিন্দুনা মচা অনি চারা রালহল্লগা ঈরুজহুনা চন্দোল-চরা থিন্দুনা

মমা-মচা মখোয় ময়ুমদগী থোরক্লে। পৃথিবীগী মপান্দা ফমদুনা মীদি থোইনা উহন্দনা ময়ুমদগী পুজরকপা চেং-থোইদিং, লৈ-শু কত্তুনা নিংথেম পৃথিবু খুরুমজরে। ব্রাহ্মণীগী আত্মাদা মহাক্কী শেংলবী আত্মাগী খোঙ্হোক্লা মচা থাকপা ওয়নবা পাঙ্গল-শক্তি পীনবিয়ু হায়না থৌনিজরে। অদুগী মতুংদা শীন্দনা মরৈকায়গী মীদগী ঈল ৱায়দুনা ঈন্থারে। ঈশ্বরগী নোংদমদগী অমুক অমুক শোনবদা ঈনবুক থন্না ঙা ফাদুনা থুনা বালটি থল্লে। হরাওরবী মমা-মচানা কনা উহন্দনা ঙা অদু ময়ুমদা পুশিল্লগা ঈল পীখ্রে। মীওইবগী তমথীরবা কল্লক-মিহৌবন' মমা-মচাবু মাঙনবা নল্লগা ফত্তনবা তৌরক্কদ্রা কিজবদগী তৌজবনি। মসিগুম্বা ৱাখল অসি অহানবদা মহাক খল্লমদে। মচা থম্বালবু হাৎখ্রগা লৌনম লাংদা থুহনবা হাক্তুগী অস্থুম্না খনখিব্রনি। চুম্বস্থু মাগী ৱাখলশিং অসি চুমই হায়রবদা খোইনা লান্দে।

ঙা অসি পুরগা মমা-মচা মখোয় অহুম সনা কৈথেল কাদুনা য়োল্লে। মীনা প্রত্রপ তান্নদুনা ঙা অদু থুনা শিংখেন্ন। অশিংমল অদুনা ঈল-হঙ্গেল-পৌবা লৈরে, অরেম্বনা চেং-চাকনচিংবা ৱান্দুনা হল্লক্লগা মমা-মচা মবুক থন্না চামিন্নরে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা হায়রিবা লাইশিং অসি খুরুমজদুনা মচা থাকপা হৌরক্লে। মখোয়না ফিভম ফগৎলকপা অসি পৃথিব্রগী মপান্দগীনি হায়বা অসি খ্বাই খঙনরক্লে। মখোয়গী মতৌ তমদুনা মী খরস্থু ঈল চিংনবা হৌরক্লে। মখোয় অতৈনা চিংবদদি থোইনা ফাদদুনা তোক্লখিবস্থু ময়াওই।

অস্থুন্না থা মঙা-তরুক লেল্লকপদা মমা-মচাগী ময়ুমদা লক্ষ্মী

লেঙশিন্দুনা লৈবগুম্না পোৎ-চৈ অরূবা লৈজরক্লে। হৌজিক ময়ুমদা অরা-অনা লৈত্রে, মীগী মপাল তাংদনা তাইবংলক্কা লেনবা ঙমগনি খঞ্জরক্লে। ঈশ্বরনা মখোয়বু থৌজানবীবা ওইসিনু।

---

# মহৈ তম্বা

লুখ্রাবী রাধে নুপীমক ওইরবস্নু জ্ঞান ওখাক লৈজবী নুপীনি। অহিং-নুংথিল্ল নাইদনা ঈল চিংজরগা ফাবা ঙা অহু য়োন্দুনা চাবা থকপা মনীং থুংজরক্লবদা মচা অনিবু মহৈ তমহন্নীংলক্লে। অহুনা, মচানুপী তোম্বীবু স্কুল তম্বা চৎহল্লি। মচা অহল মণিদ চহি ১৪ চঙলক্লে। মহাক্তি পিক্লিঙৈদা মহৈস্নু তমহৌদ্রে। মহাকপু করম্বা বিদ্যা তমহনসিগে হায়না মমানা খনবা হৌরক্লে!

মণিগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈ। মহাক কুচু ঙৌই, মরেপ তোঙ্গানৈ, মমায় শাংলপ তৌই। রাঙাঙ-শঙাঙ তপই, নুংশি। শন্না হায়রবদা মহাক নুপী শক্তা তারহুনা ফজে অমস্নুং ঈশৈ শকপদা মখোঞ্জেল ফৈ। মমাগী ঈলচিংবা শঙলিঙৈদা বালটিদা তান থারহুনা মহাক্না ঈশৈ হেক হেক ঙংই। মচাগী ঈশৈ তাবদা মমানা পেঞ্জে অমস্নুং অরাবা কোঙ্গায় খাঙবা ঙমই। কবিগুম্বদস্নু মচাগী মঙৌ য়েংবদা মমিত্তা মপি শীন্থরি। মরমদি ঃ— লুখ্রাবী মচা ওইবনা মীগী মচাগুম্না নুংঙাইনা মচা অনিবু ময়ুমদা লৈহনবা ঙমদ্রে হায়বা রাখন্দগীনি। মচাগী মগুণ খঙলবী মমানা

মচাবু ঈশৈ তমহনগে হায়না খনবা হৌরক্লে। অদুবু, ওজা কনাদা শিন্নরগা মচাগী চাওখৎকনি হায়বা খণ্ডলমদে।

অস্থুম্না খন্দুনা লৈরকপা থা ফারক্লে। নোংমদি গুমিদাং ৱাইরমদা মমা-মচা ঈল চিংলিডৈদা মখুৎনা বালটিদা তান থারদুনা ঈশৈ অসি শক্লম্মী—"পৃথ্রি-রাণী নিংথেম পৃথ্রি, পলেম-পন্থৌ শক্লবী, নীংথিজৈদা নংগী চেংলৌ। পলেমগী চেংলৌস্থ মাল্লবী, অমৃত-লাইজনা থল্লবী, লায়রবা ঐখোয়বু থাক্লিবী, পৃথ্রি-রাণী নিংথেম পৃথ্রি। পৃন্সিসিমগী কাউজররোই, ঈমাগী লমল তোল্লবনি। নপারী পাঙল চাউজরগা, নহাক্কী কোলোয় শকপনা, নংগী নগুণ শোঞ্জবনা, ঈমাগী লমল শিংজগে। পলেম-পন্থৌ শক্লবী, পৃথ্রি-রাণী নিংথেম পৃথ্রি।"

অস্থুম্না ঈশৈ শক্কুনা লৈরিডৈদা চহি ৪০ রোম শুরবা নিপা অমা পৃথ্রি মপান্দা অস্থুম লাকপদা ঈশৈ অদুনা নুংশিমনথ্রদুনা তাদুনা লৈথোক্লে। ঈশৈ শকপা লোইরবা ফাওবা অমুক শকলকপ্রা তাখিগে খন্দুনা অদুম ফমদুনা লৈথোক্লে। ঈশক মশকলকত্রবদা কান্নদ্রে খন্দুনা হৌগৎলগা তপ্না চঙলক্লে। মনাক য়ৌরক্লবদা তপ্না ফমথরগা 'হৌজিক ঈশৈ শকখিবা অদু কনানো' হায়দুনা হংলক্লে। মী তারমগনি খঙদবদগী মপী তানা শক্কুনা মমা-মচা প্রেম পোক্লরিবা অদু খল্লুবদা ঈকাইমনথ্রদুনা মণি মরু লুকথগ্রে। নুপা অদুনা হন্না হন্না অমুক অনিরক হংবদা খুন্নকত্রবদা মমানা 'মবুংননি' হায়দুনা নোক্কুনা খুমখি। 'ঐনা থিরিবা মীদি লৈরেদনা হায়দুনা নুপা অদুনা মণিগী মকোক্তা হন্না হন্না নাল্লম্মী। নিপা

অদু পাক চন্দ্রবদা ঈকাইরদুনা মণিনা হৌগত্লুনা চৎকে তৌবদা মখুত্তা য়ান্দুনা ফাদুনা থম্লে অমস্তুং হায়রকই ; "ঐ মরবাক জগোইগী ওজানি। মীরৈবাক্তা নুপীবু জগোই শাবা পুবদা অরাবা অমস্তুং অচোপ্পা য়াম্না নংই। মদু কোক্লবা নুপামচাশিংবু তম্বীরগা নুপী ওইনা অমুক, নুপা ওইনা অমুক ফিজেৎ ওন্দুনা শাহল্লগা থোকহল্লগে খল্লে। মসি করিদগীনো হায়ববু—হাকুম ঐহাক ঈকাইবা খরা নংশ্রে। অদুনা, ঈন্দোনগী অঙাংসি ঐঙোন্দা শিন্নবীরো, ঈচামক্কা মান্ননা লুনা খন্দুনা জগোই-ঈশৈ-যন্ত্রনচিংবা তম্বীরগে। করিগুম্বদা ঐগী য়ুমদা, করিগুম্বদনা ঈন্দোনগী য়ুমদা তম্বীজরগে।"

অস্মুন্না হায়রকপা তাবদা খল্লম্বগা নাতৈ চানরে খন্দুনা য়ানরে। অদুনা, য়ুমস্তু খঙখিগে হায়দুনা নুমিৎ অসিদি ঙল্লপ ঈল চিংবা তোক্লুনা মণিগী ময়ুমদা ওজা অসিগা চঙমিন্নশ্রে। হায়রিবা ওজা অসি মমিং অমুবী কৌই, লাইশ্রমনি, খুরায় লমলোং কৈথেলগী অরাংদা শোরোক্কী নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লৈ। 'মুক্তা' কৌবা মাগা লেঙ্গা মান্নবা নিপামচা অমস্তু তম্বীবা হৌবা থা অমা হেল্লক্লে। মমল তাঙলবা 'মনি-মুক্তা' অনিবু ফংজরবদা নীংবা আশা থুংলগনি হায়না ওজাগী পেঞ্জবা লোইজরে। ময়ুমদা চঙদুনা পূং অমুক ফম্মিন্নরগা নোংঙানবা নিংথৌকাবা অসিমক্তদা তম্বা লৌরসি লেপ্পদুনা ওজা হনশ্রে।

মতম অদুদা মণিপুরদা মরবাক-জগোই য়াম্না চৎনরম্মী। মণিপুর মচা কয়া মীরৈবাক্তা জগোই শাবা চত্লুনা শেল

য়াম্না তাল্লম্মী। হৌজিক্তি মতুগী মহুত্তা 'মণিপুর ডান্স' না চৎনবগুম তৌরক্লে।

নোংঙাল্লবদা ওজানা তবলা অমসুং হারমনিয়মগা লোয়ননা অতোপ্পা মী অহুমগা মুক্তাগা মখোয় মঙা মণিগী ময়ুমদা লাক্লে। ওজানা শাবা শাথেক মণি-মুক্তা অনিনা তমহুনা ভাবক মী খরগী মমাঙদা জগোই তম্বা হৌগ্রে। অসুম্না চহি অমা তম্বদা পুং, ঈশৈ, যন্ত্র অমসুং লাইরিক্চিংবা খরা খরা হৈজরহুনা শেল ফংবা হৌরে। খ্বাইনা মণি-মুক্তাগী জগোই হায়না খঙনবী অমা ওইরক্লে অমসুং মীরৈবাক্তসু জগোই শাবা চৎলসি হায়না লেপ্পরে। হৌজিক মণিগী পুন্সি মঙগুম্বনি হায়বা য়াই। মসি হোৎনবা কনবা অমসুং হৈনীংবগী মপান্দগীনি হায়বা থাঙ্গৈশেংবনি।

---

# ফত্তবগী শরৌ

হৌজিক মণি-মুক্তাগী জগোই মীরৈবাক্তা শাবা চৎপা তারে। মরম অসিনা ওজা অমুবী, মণি-মুক্তা, তবলা য়েবা হাজুবী, যন্ত্র খোংবা বাবু অমসুং হাইমো হায়রিবা মীশক তরুক অসিনা রাশক্তা লোয়নবা অচেৎপা কোমিটি অমা শেম্লে। রারেপ কয়াসু তানহুনা থুৎকী সহি তৌনহুনা নিয়ম চুম্না শেম্বা কোমিটিনি। তুংগী চাওখৎনবগীদমক শেল তুংশিন্নবা করেন্ট একাউণ্ট অমমমসু ডাঘরদা থুলিরে। ঈমুংশিং অসিগী মী অমত্তা চিংথদনা ওজা

অমুবীগীদা চাক চানরে অমম্লুং চৎকদোবা শাজৎ পূম্বা তানখ্রে। অসিগুম্নবা নিয়ম চুম্নবা ওজা অমুবীগী থৌশীল অসি থাগৎনীংঙাইনি।

মতূং মঙানি কোনবদা মরুপ-মপাংশিং অমম্লুং ঈমুংগী মীশিং বিদায় তৌনহুনা মখোয় তরুক বিদেশতা যাত্রা তৌখ্রে। ভারত মাতাবু ভক্তি তৌজহুনা ভারত লৈকোয় থুংনা চৎচবদা মঙ্গল পীনবীয়ু হায়না থৌনিজখ্রে। কায়ন মৈচাক ফংবদা মখোয় পূম্বা রানখি, মসিদা খ্বাইদগী হেন্না রাবদি মণি মমা-মচানি। নুমিৎ থাগুম্না অহিং-নুংথিল অনিদা য়েংজরিবা মচাবু কায়নবদা পোত্থাফম খঙজদে। অদুবু, চাওখৎ-লম্বী তানবনি খঙবদা অরাবা মৈচাক খাঙবা তাহৌই।

মখোয়না ভারত কোয়গদোবা অসি চহি মঙানি। অহান্বদা মণিপুর হেক লাম্থোকপগা আসাম প্রদেশ থুংনা চৎপা হৌরক্লে। শেল তানবগী মরমদদি জগোই-ঈশৈনি হায়বা য়াই, মরমদি— নোংমদা লুপা য়াংখৈ, নোংমনা লুপা চামা হেন্না তানশিনবা ঙমই। হায়রিবা মতম অদুগী শেল অদুদি হৌজিক্কী চৎনরিবা শেলগী মচাংগা য়াম্না খেন্নে। শন্না হায়রবদা হৌজিক্কী লুপা লিশিং অমগা মতম অদুগী লুপা চামগা মান্নে হায়বদা হায়মন্বা থোক্লোই। অস্নুম্না ফংবা শেল অদু চাবা-থকপা ওক্নবা থমহৌরগা মাগী মাগী ঈমুংগী মীদা থা খুদিংগী থারকই। ঈমুং তরুক্কী মীশিংনা শেল অদু ফংলগা শীজিন্ননবা খর খর লোহৌরগা পূন্না চৎমিন্নহুনা ডাঘরদা থমজিন্নে। অস্নুম্না হোৎনজরকপদা চহি অহুমলোম

শুরকপদদি শেল য়াম্নরক্লে। নীংথিজরবা ময়োল চোংলবা উপালগুম্না মখোয়গী তুংগী আশা নুংঙাইবগী মশক্তি।

লুপ্তাবী রাধেনা ময়ামগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না শেল তুংশিনবা ঙম্মী। মচা তোম্বীগা মাগদি ঈল চিংবদা ফাবা ঙাগী মমলনা চাবা লেমদুনা তুংশিঞ্জরিবনি। অদুনা, মচানা থারকপা শেল পূম্বা অমত্তা কায়থোক্তনা তুংশিনবা ঙম্মী। মনি মমা-মচানা নোংমা নোংমগী চাওখৎপগী খোঙথাং থাংজিল্লকপা অসি উবদা ঈনাকখুনবা কালা-থম্বৌ অনিগী ঈমুং অনি অসি চিংনবা, মিহৌবা অমস্তুং পাখৎপা পোক্লে। মখোয়দি মতম পূম্বদা মমা-মচাগী কল্লক-রাদা ঙাওনদুনা অমস্তুং ফত্তনবদা শীন্দুনা লাকলিবনি।

মখোয়গা লুনা তিন্নবা তোমচা হায়বা নিপা অমা লৈ। রারেম ঙাওশিন্নদুনা মহাক্না ঈমুং অনি অসিদগী শেল-থুমগী মতেঙ য়াম্না ফংই। মহাক চহি ৩৪ রোম শুরে, কুচ্ নুই, মী পিকই, রাঙাও খুদিং নোকশিন্নৈ অমস্তুং অকবা মীতা মালহল্লি। মহাক্তি থবক থোইদোকপা শূদে, মাগী মরু ওইবা থবক্তি—রারেম ঙাওবা, জ্বার শান্নবা, নুপী কোয়বা অমস্তুং শেম্বনি। অতোপ্পা থবক অমনা খৎন-চৈনবগী রাথোক্লবদা রানোম্বনি। মহাক রায়েনবা অঙম্বা অমগী মনাই ওই করি-ওইনস্তু তৌই। মহাক মী নপাশিনবা য়ামনা হৈ, চনপ্লীগুম্বনি। পাখং মচা ওক্তবা অমস্তুং ওক্তবী নুপীশিংনদি মাবু য়ামনা য়াই। মচা মচাগা তিন্নবা অদুদা মখোয়গী মমা-মপাশিংনা মহাকপু অক্ষবনি হায়না খল্লি। জ্ঞান তাবা মী-শিংনদি মহাকপু তুকচনা খল্লি। মহাক্না ঈমুং অনি অসিগী

পেন্নবগীদমক লুখ্রাবী রাধেগী ফত্তবা শীনবা হৌরক্লে। মী খুদিংদা ফত্তবা পাউ শন্দোক্তুনা রাধেগী ঈল চিংবদা অপনবা পীনবা শীল্লক্লে। থৌনাফবী নুপী খবদা ঈনশিন্দুনা রাধেগী ঈনফম মুনবীহুনা অতোপ্পদা হোৎহল্লে। মাগী ঈনফম অদু অতৈনা চিংবদদি ঙা ঈরক লক্কে, মানবু চিংলবদি হান্না লকলমদবা মফম অদুদসু কায়দনা অদুম মফায়। অসুন্না তান্ন তান্নহুনা তৌঙখী নুপী খরনা হোৎনরক্লবদা লাঞ্জদ্রবী রাধেগী মবুরিংদা নুংঙাইতবা লোইরে। মরম অসিনা মহাক্না মানা নিত্তিগী খুরুমজরিবা লাইশিং, মরু ওইনা নিংথেম পুখ্রি অমসুং ব্রাহ্মণীগী মফমদা ফত্তবশিংগী য়েংথীবা মিৎয়েং ঙাকপীয়ু হায়না খুরুমজখ্রে।

অসুন্না থা মখায়মুক ফারক্লবদা নোংমগী নুমিদাংবাইরমদদি লাইগী থৌজাল লাক্লে। মহাক্কী ঈনফমদা ঈল চিংলিবী নুপীশিংগী ঈন্দোন্দা অচৌবা ঙা ওনবগী ইপোম অমসুং শউম ফংলে। মখোয় নুপী অহুম অদু অকিবা পোক্তুনা ঈল হুন্দোক্লমহুনা চেন্নখ্রে। মখোয় ময়ুম ময়ুম য়ৌবগা অশিবগুম্না পঙথখ্রে। কন্না লায়কল্লরবা মতুংদা শিগদৌবা শমনামুক্তা হিংহৌই। অদুম্না নুপী মঙা-তরা হুমনি কাংদনা অকিবা থৌদোক উনন্দুনা পুখ্রি মথি ফোংলক্লবদা ঈল চিংলম্বা নুপী পূম্বা লেপ্পখ্রে। ময়ামগী মতৌ উবদা অকিবা পোক্তুনা রাধেসু ঈল চিংবা তোক্লসিরা খল্লক্লে। মহাক্কী অরাবা মতৌ উবদা নোংমদি মমঙদা ব্রাহ্মণীনা ঈশিংদগী কারক্তুনা মফি-মরোল ঈচোৎ চোৎনা মনাক্তা লেপ্লগা হায়রকই, “রাধে! নহাক ঈল চিংবা তোক্কনু, নচা থাকপা ঙম্নবা হোৎনৌ।

অকিবা শক্তম উৎলিবা অদু ঐননি, নহাকপু ওৎলিবা মীশিংবু অন্নাবা পীদুনা লাক্কনিবনি, নমা-নচাবুদি ঐনা করিস্তু তৌবীরোই, কিগনু। অদুগা, নোং-চীং মংবা অহিংদস্তু ঐদি ঈনচিংবী ওইনা করিগুম্বদা লৈগনি। ঐগা অদুম্না ওক্কবা কনাগুম্বা মীশিংদস্তু ঐনা অন্নাবা পীবা থক তৌরোই। অদুবু, মীগী মাঙনবা খনবা ফত্তবা মীশিংদাদ ঐনা খরখিৎ লাক্লগে খল্লি।”

নোংঙাল্লবদা মমঙগী থোঁদোক নীশিংলুবদা কিরম্বা কোকংগ্রে। মরম অদুনা মাদি হানগুম্না অদুম ঈল চিংই। কল্লকপী নুপীশিং অদুনা মাবু তৌঙম্বী, মীকি-লাইকিদবী থোন্দুনা পেন্নবগা লোয়ননা মতুংদা চৈবা নত্তুনা করিস্তু তৌবা ঙমখিদে। অস্তুম্না ফত্রবা মীশিংগী কল্লক-য়েংথী শরৌ অদু লাঞ্জদবী রাধেগী মফমদা চঙবা ঙমদনা তোকখি।

---

# মাঙহনবা

নোংমদি নুমিদাং রাইরমদা কালাগা থম্বোগা পৃথ্রিগী মখাথংবা মায়কৈদা ফমদুনা রা তান্নরম্মী। মণিনা মমাদা থারকপা শেল অদু য়াম্লম্লগনি, মখোয়গী মমা-মচাদি মতম খরগী মতুংদা মখোয়দগী হেন্না মরল লৈথ্রগনি হায়না খনবদা মখোয়নি য়ান্না মিহৌবা পোক্লম্মী। মখোয়না মরল লৈরক্কুনা মখোয়দগী হেঙ্গৎথ্রবদি মখোয়না মমাঙৈদা তৌখিবা থবক অদুগী লমল শিংলক্লগনি

খনবদা অকিবা অমস্থু পোক্লম্মী। অরানবা মীনা লান্দবা মীবু কিবা হায়বসি মীওইবা জীবগী ককপা য়াদ্রবা ৱাফম অমা ওইগ্রমাল্লে। মরম অসিদগী মখোয়বু মাঙহল্লগা মশা কন্নবা হোৎনরসি হায়না ফত্রবা পাখং অনি অসি ৱাশক্লহুনা ৱা তানখ্রে।

অক-ফত্ত মশক খঙনা চত্তুনা পাপকী থবক থাদোক্লগা ধর্ম্মগী থবক তৌহুনা পুন্সি লেনবা ঙম্বগী মরমদা মীওইববু জীব পূম্বগী মপুনি হায়নরিবনি, অদু নত্রবদি মীওইববু মী কৌদনা মখোঙ অনি পানবা শা কৌরমগদৌবনি। মীওইবগী শাজৎ চত্তবা, জ্ঞান লৈত্রবা, ফত্রবা মীবু শাগা প্রমাণ তৌনরিবা অসি মরম খরসি খেন্নবদগীনি। ফত্তবা মীনা ফত্তবা থবক অমা পাঙথোক্কে খল্লবদি মদু পাঙথোকপদি লায়না হেক্তা ঙমই। অদুন্নদি ওইরবদা ফত্তবা থবক অদু থোকখ্রগা কর্ম ফল অদুদি মীনা নত্ত্রগা লাইনা শোয়দনা লমল খুম্লকই। মসি ইতিহাসনা সাক্ষী ওইনা লৈরবা থৌথোক কয়ামুক্তগী লায়না খঙবা ঙমই। হায়রিবা অসি খঙদবা, খঙলবস্থু সংসারগী ফত্তবা মায়াগী লাংদা থুহুনা ইনবা ঙমদবা মীশিংদি লাইৱিক হৈবা বিঃএঃ, এমঃএঃ ওইরবস্থু মহৈগী জ্ঞান লৈতবা মী কৌই।

জ্ঞান লৈত্রবা মীশক অনি অসিনা মমা-মচাবু মাঙহল্লগা মণিবু অৱাবা ঈপাক্তা তাহল্লগে খন্দুনা নোংমগী অহিং অথেঙবদা ময়ুম মৈ চূরে। মমাঙথংবা অমস্থুং মনীংথংবা শাইজিন্দগী হৌরকপা মৈনা খঙহৌদনা মৈবী হৌরক্তুনা অকিবা ফংনা য়ুম চাকখৎলক্লে। মতম অসিদি নোংয়াই মতুং পূং অমরোমদা তাবা মতম ওইবনা

মমা-মচাদি কম্না তূমথবা মতমনি। পুথ্রিগী নোংচুপ পাংবদা লৈবী হনুবী অমনা অহিং মিকপ থোরক্লুনা মপান থোরকপদা ঈনক নক্লা য়ুম মৈ চাকপা উবদা মচা-মশু পূম্বা হৌদোক্লে। মখোয়না লাউহুনা চেল্লকপদা অনকপা মী পুম্বা তানহুনা চেন্নরক্লে। মিকুপ খরগী মতুংদা মফম অহু মীনা থনখ্রে। লাক্লিবা মীয়াম পূম্বনা লুখ্রাবী মমা-মচা শিবা তারে, কয়ম্না মৈনুংদগী কনবা ঙমগদগে খন্দুনা য়ানখি। অহুবু, মশা শিবা কিবদগী কনা অমত্তা চঙবা ঙমদনা মপান্দা লাউহুনা লৈনখি। হায়রিবা মতম অসি মমাঙথোঙ অমস্তুং মনীংথোঙ মৈনা চাক্লক্লবা মতমদনি। লেপ্তুনা লৈরিবা মরক্তগী মশা ফরবা পাখং অমনা মমা-মচাবু ঙম্লবদি কল্লগে খন্দুনা হোৎচিনখ্রে। মখোয়গী য়ুমগী ময়ায় ওইরম্বা মিহুৎথোঙ অমা ফাৎলম্মী। মানা মনাক্তা তারম্বা অচৌবা উতূপ অমা পায়রগা মিহুৎথোঙ অসিদা কল্লা অহুম্লক থিনবদা থোঙপাক অমস্তুং য়োৎ-চৈ নাম্হোক্লুনা তাখিরম্মী। থীন্দনা ঈমুংদা লিৎ-শিনখ্রগা জ্ঞান মাঙহনা মিহুৎথোঙ মনাক্তা তুরিবী মমা-মচাবু অমমম পমহনা মিহুৎথোঙদা থাংদোরক্লে। মমা-মচা লাউহুনা মীয়াম তম্লা চেনশিনখ্রগা রাম্হহুনা তুখ্রে। পাখং অসিনা মমা মচাবু অমুক অমুক পায়হুনা য়েংলম্লগা ময়াম্না লাঙলিংদৈদা কোন্থোং-লোমদা অহুম থোকখ্রে, কনা অমত্তনা মাবু উহৌদ্রে। নোংয়াই মতুং পুং অনিরোম তাবা মতমদা রাধেগী ঈমুংগী পোৎ-চৈ পুম্বা য়ুমগা কোন্ননা তাঙ্গোই ওনখি। মৈ ব্রজ্ঞানা পেল্লহুনা মমা-মচাদা মঙ্গল পীখি অহুগা অথাবা কালা-খম্বৌ অনিদদি পাপকী দম

পীখি। মীয়াম্না মমা-মচাবু য়ুমলোম্নবদা পুশিন্দুনা লায়কম্নবদা নোংঙাল্লমদাইদা জ্ঞান তারকখি। ঙাইহাক লৈরগা নোংঙাল্লক্লে, মতম অসি মী হন্নখিদুনা অনকপা মী খরদা মঙায়রক্লে। মখোয়গী মরক্তুগী নিপা অমনা শূমাঙ মতোন্দা হৌবা উদা থেৎপা চে অমা থেংনখি। চঙশিন্দুনা য়েংবদা মরোল খঙলদুনা ময়াম কৌশিল্লগা পানরে। মরোল পাবদা মমা-মচাবু মখোয়না য়াম্না শাউরে। মখোয়গী মতৌ উবদা মমা-মচা পূমঙক ঙকখ্রে অমস্যুং ইরিবা মরোল অদু অমুক্তা পাবীরকউ হায়জরকই। নিপা অমনা মখাগী মরোলশিং অসি পারকই ঃ—

## বিদায়

লুখ্রাবী ঈমাবু হন্দোক্তুনা তাচৌনা মীরৈবাক্তা চৎখিবা অসিদা ঐখোয় য়াম্না রারে। ঈমা-ঈচাগী খ্বাইদগী রাবদি অখিল অরেংবা খাঙবনি। মসি পৃথিদা ঈল চিংবদা লাই ওরুদুনা তৌখিবনি। অহিং অহিং অসি ঈমা-ঈচা কপ্তুনা মতম লেল্লবনি। মীওইনা পানবা রারদুনা য়ুম মৈ থাদোক্তুনা ঈমা-ঈচা শিজরবনি।

শ্রীসনাতোম্বী দেবী

অসিগুম্বা রারোল অসি তাবদা মমা-মচা পূমঙক ঙকখ্রে। মদুদি মখোয়না তৌবা নত্তে, মমা-মচাবু হাৎকে খন্দুনা মৈ থারিবা মীশিংনা তৌবনি হায়না মখোয় অনিনা খুমখি। মখোয়গী পাউখুম তাবদা ঙক্লখি, অদুগা মমা-মচাবু কল্লম্বা পাখং অদু কনানো হংবদা অখঙবা মী অমত্তা য়াওখিদ্রে। অয়ুক পুং ৮ লোম

তাবা মতমদদি কোমিটিগী ঈমুংশিংগী মীশিং পাউ তারহুনা লোইনা থুংলরে, মখোয়না মমা-মচাবু ওজা অমুবীগী ময়ুমদা পুখ্রে। পূং ১০ তাবা মতমদা মচা মণিগী মফমদা টেলিগ্রাম তৌখ্রে। পাউ তাবদা ব্রজ কোকথক্তা তাবগুম্না ৱারবা মচানা ঙসিমক খোঙ-শান্দোকচরকলগনি হায়না পাউ হল্লক্লে। মতম অসিদা মখোয়দি পঞ্চাবতা লৈরম্মী। নুমিৎ ১২ নিগী মুমিদাং ৱাইরমদা মখোয় থুংলরে। মমাগী মচীন্দগী পাউ পূম্নমক তাবদা শোয়দনা কালা থম্বৌনা ফত্তবা থবক অসি তৌরমগনি হায়না মণিগী মবুক্লিংদা থাজবা পোকখি। অদুবু, পুক্লিংগী চিংনবা পূম্বা মী অমত্তদা হায়দোক্তনা খাঙহুনা লৈবা তাখি।

মৈ থারবদি শোয়দনা শিরগনি অমসুং মশা মথন্তনা শিজবনি হায়না থোকহনগে খন্দুনা কালা-থম্বৌনা তৌরম্বনি। ঈশ্বরনা লাঞ্জব্রবী কনা লৈজব্রবী মমা-মচাবু কনগে, অমদি ফত্তবা মীশক-শিংনা তৌবনি খঙহনগে হায়দুনা অপঙবা অঙাং অনিগী মবুক্লিংদা ঈনশিন্দুনা অসিগুম্বা অপঙবা থবক অসি তৌহনখ্রিবনি।

হৌজিক্তি লোম্না চে লৌথবসু নংহৌদ্রে, শিবসু শিহৌদ্রে। মরম অসিনা করি থোক্লগদগে হায়বা ৱাখন্দগী মখোয় অনি পাখৎপনা লোইরে অমসুং আত্মা শান্তি ওইনা লৈজবা ঙমদ্রে। কনা কনাগুম্বনা মখোয় অনিগী মরমদা মুত্তক মুত্তক ঙাঙনবা হৌরক্লে। মখোয় অনিগী লমচৎ-শাজত্তগী চিংনরক্কুনা ময়াম্না অসুম্না খন্নরকপনি।

---

# কোমিটিগী থৌশীল

মণিপুরদা থুংলবগী হেক নোংঙানবগা ওজা অমুবীনা সভাপতি ওইদুনা মখোয় তরুক্কী কোমিটিগী মীতিন সভা ফল্লে। অরোনবা মীতিন সভানি, ঈমুং-মনুংগী মীশিং ফাওবা অমত্তা য়াওহন্দে। মসিদা খন্নখিবা মরু ওইবা ৱারেপ্তি—মৈ চাকথ্রবা মণিগী ময়ুম-মকৈ থুনা শাৎপা অমস্তুং কদায়দা শাগদগে হায়বা ৱাফম অসিনি। মদুগা লোয়নননা মণিনা মখোয়দা মবুক্লিংনা চিংনবা ৱারম পুন্বস্তু তমখোকখি। মহাক্কী মরা তাবদা অমস্তুং থোকথ্রবা থৌখোক কয়াদগী মমা-মচাবু মাঙহনগে হোৎনরিবা মীশক খরা লৈরে হায়বা খঙলদুনা কনানা তৌরিবনো হায়বা মীশক খঙনবা লোন্না থিবা তাখি। উহৌবমক উহৌদ্রবস্তু মীশকশিং অদুননি হায়বা মখোয়না য়ামনা থাজবা পোকখি। য়েরুবনা লৈরবা মফমদা অমুক হন্না অনৌবা য়ুম শাগত্তুনা লৈরবদি খুদোংথীবা কয়ামুক অমুক থোক্লকপা য়াই খন্দুনা মমা-মচা মখোয় অদুমদা ওজা অমুবীগী ইংখোলদা য়ুম শারসি, ইংখোল তংখায় অমা মমিংদা পানবীরগে হায়না ওজানা হায়খি। ওজাগী ময়াথংবু মণি অমস্তুং মচন সনাতোম্বীনা য়াজখি অদুগা মমা লুখ্রাবীনদি খুমদনা লৈখি। মহাক্কী চিংনবা করিনো হায়দুনা হন্না হন্না হংলক্লবদা ৱাখেনা খুম্লকখি,"ঈবুংঙো অমদি ঈচাশিংনা ঈন্দোন্দা ঈমা-ঈচাবু নুংশিবীদুনা ভাকপীরিবা ৱাফমশিং অদু য়াম্না য়াজনীংই। অদুদা, ঐগী পুন্সিগী লোইরমদাইদা ঈপুরোইবগী মশাইগোন্দগী অমস্তুং ঈমা-ঈপা শক্লা ঐখোয়বু লাঙ্গোনবীরক্লবা পুখ্রি রাণী নিংথেমপুখ্রিগী শেংলবী

মথানুংদগী থাপ্লা অমুক চৎচনীংদে। অদুনা, ঈমা-ঈচা ঐখোয়বু মক্নন অসিদগী হোংহনবীগনু অমম্লুং হোংজরোই।

পুকচেল শেংলবী রাধেনা মমিত্তা মপি শীন্থনা হায়রকপা তাবদা অমুক হন্না হায়বা ঙমদনা হান্নগী মফমদা য়ুম শাবা তাখ্রে। অদুনা, মথংগী নুমিত্তগী হৌনা কোঠিনচিংবা য়েংন্থনা অনৌবা য়ুম শানবা হোৎনখ্রে। চহি মঙারোম অসিদা মণিনা ডাঘরদা তূংশিল্লম্বা শেল লুপা লিশিং তরাহুমদোই শুরল্লে, অতৈগীদি চাবা-থকপগী খরচতগী অরেম্বদা তূংশিনবনিনা লুপা লিশিং তরুক লোমদা মশুনরম্মী। লুপা লিশিং অমমমদি থনম্লগা অতৈদি লোইনবা লৌথোক্লরে। শেলশিং অদুনা লৌ পরি মঙা মঙা লৈশিন্নরে অদুগা অরেম্বনা মাগী মাগী কান্নগদৌবা থবক্তা শীজিন্নরে।

মণিগী ঈংখোল অদু চেক্লা পূমকোয় কোয়না খাজিন্দুনা কোন্থোংদা গেট শাদুনা শো পানখ্রে। টিন্না কুপ্পা য়ুম, শঙ্গোই, ফৌগে অমম্লুং শীংগে শাগৎখ্রে। হায়রিবা থবকশিং অসি মতিক চাবা মীয়াম নেক্তুনা থা অহুমগী মনুংদা শাবা লোইদুনা য়য়ুমদা হোংজিনখ্রে। ঙরাংদা তাঙ্গোই ওইখ্রবা চাক্লিবী রাধেগী ময়ুম ঙসিদি নিংথৌগী অচৌবা সনা সঙ্গাইগুমখ্রে। কুম অমগী চাবা ওক্লবা পোৎ-চৈ পূম্বম্লু পৈশিন্দুনা থমখ্রে। অরৈবা লৌশিংম্লু উগদৌবা মীশিংদা শান্দোকখ্রে। অম্লুম্না রাত্তনা শেমগৎলক্লবা ফাওবা রাধেনা তোকপা ঙমদবা থবক অমা লৈ, মহুদি ঈল চিংবনি। কোমিটিগী মীশিংনা খাম্বদগী মহাক নিতিগী ঙাইহাক ঙাইহাক্তুং নুনিদাংরাইরমদদা ময়ুমগী চানবা ঙাদা মফাবা তারে।

থোৌরাং পূন্নমক লোইশিল্লক্লবদা কোমিটিগী ঈশৈ তম্ফম শঙ মণিগী মমাঙ শঙ্গোয়দা ওইহুনা নিতিগী পূল্লে। মফম অসিদা পূল্লিবগী মরনদি, মমা-মচাবু মাঙনবা তৌরকপদা থিংনবা অমস্থং ঙমদনবগীদমক্নি। অসিগুম্লবা পূকচেল চাউরবা কোমিটিগী মীশিংবু থাগত্তবা ঙমদে।

---

# ঈহৌরকপা

য়ুম হোংজিনবা থা অহুমলোম শুরক্লবদা নোংমদি মণি মমা-মচা মখোয় অহুম পূর্ণিমাগী থাবু য়েংহুনা মাঙ্গোন্দা ফম্লম্মী। ফৌরা অমুক পাক্লা লংলবা পূর্ণিমাগী থাজনা নোংপোক থংবা চীংদোন্দগী খর খর লিৎথৎলক্কুনা রাতোল-উতোলগী মথক্তা কাখৎলক্লগা মালেম-পৃথিবী 'থক্তা য়ৈরবদা অঙৌবা লুপা মচুগুম্না লৈমায়থক অসি নীংথিজরে। নুংথিলগী মতমদা অশংবা মচুনা লৈতেংলম্বা উপাল-রাপাল পূম্বা অমুবা মচুগী শকফম ওইখ্রে। ঈংলবা নুংশিৎনা পুরকপা শূমাঙ মতোন্দা শাৎলিবী জাতি কুপ্পীগী মনম্না মখোয়গী পুক্নিং নুংওলহল্লি। অসিগুম্বা দৃশ্যশিং অসি উরুরগা লুখ্রাবী রাধেগী মবুক্নিংদা নৌনা খাঙউথক্তা মাঙথ্রবা মচা থম্বালবু অমদি মপূরোইববু নীংশিংলক্কুনা মমিত্তা মপি শীন্থরক্নি। মচাগী মপান্দগী রাক্ত-পাত্রবা মতমদা মপূয়োইবা অমদি মচাদংগা লৈজরম্লমাদ হায়বগী নীংঙমদবনা থম্মোই ফাবা ঙমদ্রহুনা মখোল

খোক্তনা হিক্না কপলক্লে। ময়েক্তি শেংফাওনা হিক্না কপ্পা মমাগী মতৌ উবদা মচা অনিগী থম্মোইদা অরাবগী ঈথক ঈহৌরক্লে। মচানুপী সনাতোম্বীনা মমাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মূনা মূনা য়েংলগা মরেংবান পায়দুনা কপ্পগী মরম হংলক্লে। মমাগা মচনগনা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা মণিগী মবুক্লিংদা ফাবা ঙমদ্রবা অশাউবগী ঈথক হৌরক্তুনা মশা পূম্বা থুমগৎলক্লে। ফমদুনা লৈবা ঙমশিল-লবত্রদুনা ফূক হৌগৎলগা অঙাওবগুম্না তুরোই-লামলোই শূমাঙদা ঙাইহাক চৎলুরগা মমাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা ফম্লরে। খোরী চরম ফুম্লবা রাঙাঙনা মমিত্তা মপি শীন্থনা হায়রকই, "ঈমা! মতম কুইথ্রবা অঙাং ওইরিবৈদা ঈমা-ঈচা রাশকখিবা অদু নচানা খক কাউজরকত্রিবনি। নহান মখৈদি নচাগী থম্মোই খাঙদুনা লৈবা ঙমজরম্মী, হৌজিক্তি অমুক পন্থবা ঙম্লকত্রে। নচাগী পাঙ্গল চাউজরক্লে, ঈনাওগী লমল শিংলগে, নচাগী রাশক ঙাকচরগে, বর পীনবীরো।" অসুম্না হায়দুনা মমাগী মখোঙ পায়দুনা নোং-খোংবগুম কপ্লক্লে।

নুংশিরবা মচাগী রাঙাঙ তাবদা মমাগী পেঞ্জবা লোইথ্রে, মকোক্তা মখুংনা তোয়না তোয়না নান্দুনা কপমিন্নরে। মমাগা মবুংগগী মতৌ উবদা চহি ১৩ চঙলক্লবী সনাতোম্বীনা খঙনীংবগা লোয়ননা মপি শীন্থনা রা তাজরি। মচানা তোয়না তোয়না হায়রক্লবদা করম্বা পাম্বৈনা লমল শিংগদগে হায়দুনা হংলকই। মচানা হায়রকই, "ঈনাওবু হাৎখিবগী লমন্দি ঈখুংচাবা খুংলাই অমা পায়দুনা মখোয় অনিগী প্রাণ লৌবা, ঙম্লগা রাচং-

ৱানোমহুনা ঈথরায় কনবা, ঙমদ্রেগা অঙম্বগী রায়েল থৌদা মতূং ইন্না অৱাবা শরুক য়াবা অসিনি।" "নত্তে, নত্তে ঈবুংঙো। মহুগী ৱাখল অহু য়াম্না লাল্লে, মমাঙঙৈদদি ঈমাস্থু অহুম্না খল্লম্মী। মখোয়না ঈমা-ঈচা ঐখোয়বু মাঙহন্নবা কয়া কয়া হোৎনরক্লবনি, লাঞ্জদবা মরমদগী ঐখোয় চাওখৎলক্লি। সংসারদা লান্দবা মীদনা জয় তৌরকপনি, অহুনা ঈমা-ঈচা পাপকী থবক তৌগনুসি। মখোয়বু মাঙনবা হোৎনবগী মহুত্তা লৌশিংগী পাম্বৈনা মখোয়গী অরানবা থবক্কী দণ্ডি পীহুনা লমল খুমসি, করম্বা পাম্বৈ লৈবগে খন্নাস।" মমাগী ৱাহৈ তাবদা মণি মরু লুক্কুনা ৱাখল তৌখ্রে।

নহান মখৈ অস্থুক কুইরবা মতম অসি মচন সনাতোম্বীনা ভাব মুন্না খঙলমদে, মমানস্থু তাহন্নীংদহুনা তমথোক্লমদে। মখোয় অনিনা ঙাঙনরিবা ৱা অহু তাবদা খঙনীংবদগী কুপথনা হংলক্লবদা মমাঙঙৈগী থৌথোকশিং অহু কুপথনা মচাদা লীরক্লে। মবুং অমা শিংখ্রে হায়বসি মহাক খঙই, খৎনহুনা অহুম্না মীনা হাৎখি হায়বা অহুদি মহাক্তি খঙলমদে। মরম অহুনা, থম্মোই কায়রবা মমাগী ৱা তাবদা শাউনীংবনা মহাক ৱা ঙাঙবা থোকখিদ্রে, তুমিন্না লৈখ্রে।

অস্থুন্না নুংঙাইতবা ৱারী শানহুনা মমা-মচা মখোয় অহুম থাবন্দা ফনহুনা লৈরিঙৈদা নুমিদাং পূং ১০ রোম তারক্লে। ভাব তানরকত্রবদা ওজা অমুবীগী অফবা ৱাখলগী লমজিং মতূং ইনসি, লোন্না ৱা তানাসি হায়না মচা অনিদা মমানা হায়রক্লে। মমাগী য়াথং ইনবনা ফৈ খন্দুনা তৌগদৌবা থবক্কী হিনাও মাগী ওজাবু

শাহল্লগে হায়না মণিগী মবুক্লিং লেপখ্রে। অদুগী মতুংদা খন্নবা ব্রা লোইরহ্নুা ঈমুংদা চঙলগা চাক-ঈশিং থোংহনুা চারগা মহৈ মহৈ তুম্নখ্রে।

---

# লমল খুম্বা

নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা নিতিগী মতম চানা ওজা অমুবী ময়ুমদা থুংলরে। মী অতৈ লাক্লত্রিবা মতম ওইহনুা মণিনা ওজাবু ঈমুংদা কৌশিন্দুনা অরাবা মরম পৃম্ব। তমলে। মখোয়গী রারী ওজানস্থু হান্না মীগী মচীন্দগী তাবা কুইরবনি, অদুগা মখোয়নস্থু শল্লপ্না লীখিবদগী খরদি মখঙলবনি, অহবু শুংঙাইতনবনি খন্দুনা নোংমা ফাওবা মখোয়দা করিগুম্ব। রা অমত্তা হংলমদে। হৌজিক্তি মখোয়না লীহনুা থোকখিবা থোথোক পৃম্বা অমত্তা চিথদনা খঙলে। মমা-মচানা কপ্তুনা লীবা রারীশিং অদু তাবদা ওজাস্থু কপুবা ঙমদহনুা পি শীন্থনা কপ্লে, নুংশিরবা ড্রামা (লিলা) অমা য়েংবগা চপ মান্ননা ওজানা খনখ্রে। কয়াদি খেন্নরিবা মীওইবগী রাখল্লো, রাখল থেনবা অমস্থুং পুকচেল ফত্তবা মী নত্তবনিনা ওজাগী মফমদা রাখল অমা ওইনা লৌখ্রে।

ওজানা হায়রকই, "চুমই, মখোয়গী ফত্তবা থবক অসিগী লমল খুমদবা য়াদে, নত্তেঙ পাংগনি। খুমগদোবা লমল মখুমদি মী খ্বাইনা খন্নরিবা লমল মখুমসি নত্তে, পৃমতোপ তোপ্পা মখল অমনি। অহনা, ফত্তবা অমস্থুং পাপকী মশক ওইবা থবক পৃম্বা

থাদোক্তুনা পুন্সিগী থবক্কা লমল খুমগদৌবনি। ঐখোয়গী থোৎলবা রাহৈ অমসুং নীংথিবা শাজৎনা মখোয়গী কল্লবা থম্মোই মহী চেলহন্দুনা পেৎহনগদৌবনি, লাল্লে হায়দুনা ঐখোয়দা খোঙ পায়দুনা হায়জহনগদৌবনি। অদুদা নত্তনা, ঐখোয়গী পেন্নবগী-দমক্তা মমল য়াম্লবা থবক কয়া তৌহল্লগদৌবনি। অসিগুম্বা মওংদা খুম্বা লমল মখুম অসিনা হেন্না কৈ, ঈশ্বরনসু পেনবীবগা লোয়ননা য়াবীগনি।

মহৈগী জ্ঞান ফংদুনা অশেংবা কবি পুকচেল চেনবা মীদনা অসিগুম্বা লমল মখুম অসিগী মগুণ ঙাকনা চৎপা ঙমই। রাখল থেনবা, মশাগীদা কান্নবা খল্লবা, শাগী পুকচেল চেনবা মীশিংদনা মশাগীদা ময়েংদুনা মীগী মাঙননবা মতম লৈবা খিবিক্তা তৌই। মীগী মথরাই শোকপা রা ঙাঙদুনা অমসুং ফত্তনবদা হোৎনদুনা মতম লেনবনা মখোয়গী মথৌনি। অদুগুম্বা শাগা মান্নরবা পঙলবা মীশিংগী মফমদা ফত্তবা পাপকী থবকনা লমল খুম্বা জ্ঞান লৈবা নত্তে। মদুগী ফত্তবগী প্রমান্দি—ঐখোয়না নুংঙাইরবা ভ্রামা নত্রগা লিলা অমা য়েংলে হায়না খল্লসি। মদুদা মচা নত্রগা মরূপ হাৎখ্রে হায়দুনা মখুত্তা থাঙ পায়দুনা তাঞ্জা চাবা মতমদা মঙক কক্তুনা হাৎলগা অয়েংবা ভাবকশিংনা পেন্নব অমা পোকহল্লি। মদু অফবা লিলা কৌবা য়াদে, মরমদি— মদু উবদা অচুম্বনি খন্দুনা মহৈগী জ্ঞান রাৎচরবা মীশিংনা ভা তাদহুনা অদুগুম্বা ফত্তবা থবক অদুবু তৌনীংবা পোকহল্লি মদুগী মতৌ অদু তমদুনা অমগা অমগা অদুম্না হাৎনদুনা লম

খুন্নরবদি সংসার অসি মাঙলগনি, পানবা য়ায়রোই। মমল য়াম্নবা মীওইবগী মপোকপু শাগী মপোক্তা অমুক হঞ্জিন্দুনা থায়নগী কি শেংত্রিঙৈগী মতমগী চাওখত্তবা সমাজ অদু অমুক হল্লক্লগনি। অসিগুম্বা মরম অসিদগীনি, ফত্তবা থবক্কী লমল মখুম মাংনবনি হায়নরিবা।

অদুগা, অমুকস্সু খল্লদুনা য়েংউ। ঐখোয় জগোই-ঈশৈ তৌবা মীশিং অসিদি মতম অয়াম্বদা মীগী পেংবদা তৌদুনা লাক্লবনি, মতুংদস্সু অস্সুম তৌখিগদৌরিবনি। পুকচেল শেংলবা ঈশৈ শকপশিংনা মহৈগী মঙাল ফংদুনা জ্ঞানগী থাউমৈনা মশাদা ঙাল্লবদি মীগী ফত্তনবা রাখল অমত্তা মিকুপ মঙাদগী হেন্না খনবা ঙমলোই। মসি শোয়দ্রবা রাফমনি, থাজো। অদুনা, মতম শাংনা হৈনরক্লবা ঐগী শাজৎ অমস্সুং রাখল থাদোক্তুনা পাপকী অমদি নারক্কী কোমদা চোংথদুনা অরেম্বা মপোক তাহন্নীংদ্রে। পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবদা অসিগুম্বা থবক তৌদুনা মতম লেনবা ঐখোয়গী তৌগদৌবা ঈথৌনি।”

অসিনচিংবা মমল তাঙলবা পাউতাক কয়া হায়দুনা মমা-মচাগী পুক্লিং ওন্নবা হোৎনরক্লে। অদুগী মতুংদা শঙ্গোয়দা ফমদুনা লৈরিবা কোমিটিগী মীশিং কৌশিল্লগা মরম পুম্বা তানদুনা মী অমত্তদা হায়দোক্তনবা রাশক লৌনখ্রে। নুমিৎ অসিদগী হৌনা ওজা অমুবী তৌগদৌরিবা থবক অসিগীদমক নুমিৎ ৭নি ময়ামদগী ছুটি লৌখ্রে। ময়ুম হেক য়ৌবগা চেবাং পুথোক্তুনা মখুত্তা কলম পায়দুনা ড্রামাগী রারী লেংখ্রে।

ৱারী লেংবা লোইহুনা নিপাল্লি শুবা নুমিত্তা ময়াম উনরহুনা শান্নগদৌরিবা ড্রামা লাইরিক অদু পাহল্লে। ৱারীদি থোইনা শাংদবা জগোই ঈশৈনা মপুং ওইবা লিলানি। মসিদা উৎক-দৌরিবদি মনি মমা-মচাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌথোকশিং অহুনি, মমিংদা খেন্নহল্লগা উৎকদৌরিবনি। ৱারী অসিগী নুংশিবা অমস্তুং ফজবা মওং উবদা খ্বাইনা ওজাবু থাগৎনখি। চঙগদৌরিবা মীশকশিং অদু কোমিটিগী মীশিংনা কোন্নদহুনা অফবা মীশক খন্দুনা নেক্লে। থা অমা মখায়রোম অহিং-নুংথিল তম্নহুনা লিলা শান্ননবা নুমিৎ তমলে। কোয়চৎ চত্তুনা শান্নবা য়াবা ড্রামাগী মওং ওইনা হোৎনহুনা চঙগদৌরিবা সিন্নচিংবস্তু লাঙবা লোইখ্রে।

ফোঙদোকপা ঃ— ঙসি লিলা ফোঙদোকপা নুমিৎনি, অয়ুক পুং ৬ তাবদগী মণিগী কোন্থোংদা 'লুখ্রা মচা' হায়বা লিলাগী মমিং থেত্তুনা ময়াম লেঙশিনবীরক্লবা হোৎনখ্রে। টিকেট মমল অহন্না শিকি অমমম, অঙাংনা অনা অমমম মতম অদুদা লৌখি। অস্তুম্না তানবা শেলগী শরুক অহুমগী অমনা মপা লৈত্রবা নত্রগা মমা-মপা লৈজদ্রবা লমজা মচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বদা মতেঙ পাংনবা অদুগা অরেম্বনা লিলাগী মীশিংনা লৌবা হায়না মরোল শন্দোক্না ইদুনা থেংখ্রে। ফজবা থৌশীল অসিবু অউবা অমস্তুং অতাবা মীশিংনা থাগৎপগা লোয়ননা অয়ুক্তগী টিকেট লৌনখ্রে অদুগা লিলা ঙাক্লবগীস্তু থানাগী পোলিশ নেকখ্রে। অসিগুম্বা থৌশীল্লিবা কোমিটিগী মমিং 'মমা-মপা লৈজদবশিংগী তেঙবাং মরুপ' হায়না অনৌবা মমিং থোন্দুনা গোভর্ণমেণ্টনা খঙবীনবা রেজিষ্টার

তৌগ্রবনি। গোভর্ণমেণ্টনস্থু মখোয়বু থাগৎপগা লোয়ননা য়াবীগ্রবনি।

নুমিদাং পূং ৬ তাবদগী লিলা হৌরে। লিলা শান্নফম মাঙ্গোল নত্তনা অহুক চাউবা মণিগী শূমাঙ অমস্থুং শঙ্গোয় মীনা থনখ্রে। অহানবদা মণি-মুক্তাগী জগোই-ঈশৈনা হৌদুনা মমা-মপা লৈজদ্রবা মচাশিং অমস্থুং লায়রবা-অনংবশিংবু সমাজনা হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংবীদনা উৎলি। মতূংদা মমাঙৈদা থোকখিবা থৌথোকশিং ঃ— কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎকী ঈরাং, থম্বালনা শিখিবা মশি, মণিনা দণ্ডি ফংবা, মহুদা মখোয়না রাচৎ-রানোমখিবা, মমা-মচানা অরাবা নংখিবা, মমা রাধেনা ঙাওদুনা চৎখিবা, ঈল চিংদুনা মচা থাকপা, অহুদা মখোয়না য়েংশিল্লকপা অমস্থুং মমা-মচাবু হাৎনবাময়ুম মৈ থাবা অসিনচিংবা পূম্বা উৎখি। জগোয়-ঈশৈনা য়োমহুনা অসিগুম্বা থৌথোকশিং অসি উৎলকপা মতমদা য়েংলিবা মী পূম্বা মমিৎ কুপ্পখিদ্রে, শোর কন্না হোন্নখিদ্রে। মতম অয়াম্বদা হিক্রা কপ্পদনা অয়েংবশিংগী পেন্নবা ওইখ্রে, মরক মরক্তস্থু নোক্নীংবা উৎলকপনা ময়াম্বু নোকহন্দুনা ঙাইহাক ঙাইহাক অরাবা পূমকাউ কাউহল্লি। অস্থুম্না শান্নরক্লিবা লিলা অসি উবদা অয়েংবা মী পূম্বা ভাব তানরক্লে। ময়ামগী মরক্তা য়েংলিবা কালা, থম্বৌ, মমা-মপাশিং, সাক্ষীশিং অমস্থুং মতেঙ পাংখিবী মী পূম্বা ফিরুক খুমহুনা ময়ামগী মরক্তা ফন্নগা মী উখিদনবা হোৎনখি। মমিং মমিংদা মাপ্পহন্দনা উৎলিবা লিলানি, অহুবু খঙনরক্তুনা থীনা ঙাঙনরক্লিবা অহু তাবদা মখোয় সমাজগী মরক্তা হিংনীংদ্রে অমস্থুং

মখোয়না তৌখিবা পাপকী থবকশিং অদু মতূংগী মপোক ফাওবা কোকপা ঙম্নরোই হায়না খনবদা মমিত্তা মপি শীন্থখ্রে। অম্মুম্না লিলা লোইহুনা মীয়াম পুম্বা ময়ুম ময়ুমদা হম্নখিবদা চৎনা চৎনা লীনবা রারীনা ময়ুম য়েৌবা ফাওবা লোইনখিদে। কালা-থম্বৌ-নচিংবগী কাঙবু অদুদি লিলা লোইফাত্রিঙৈদা লোম্না লোম্না খোল্লখি।

মতূং হুমনি কোনবদা খুরায়দা, অদুগী মতূং হুমনি অমা কোনবদনা উরিপোক্তা শান্নখি। মতৌ অদু উবদা কালা, থম্বৌ অমস্তুং মমা-মপাশিং লৈফম খঙলকত্রে। কোমিটিগী মীশিংদা করি হায়জরগা করম্না লিলা অসি শান্নবা তোকহনসিগে হায়না খন্নবা হৌরক্লে। হৌজিক্তি ফত্রবশিং অদুগী কল্লবা থম্মোই অদু লৈগুম্না থোৎলক্লে। অদুনা, লিলা ফোঙবা মতূং ১০নি শুবদা কালাগী মপা যদু অমস্তুং থম্বৌগী মপা কমলনা ওজা অমুবীগী ময়ুমদা লাক্তুনা মরাল ঙাকপীনবা হায়জররে। মীয়াম সমাজনা মখোয়বু উরগা মুশুক মুশুক ঙাঙনবা অদু কিরকপদগী অদুম্না তৌখ্রিবনি।

মখোয়না হায়জখি, "ওজাগী কৃপাদগী লিলা অসি মতূং শান্নবীরনু। ঐখোয়গী পুন্সিদা মপোক খুদিংগী কোকপা ঙম্নরোই-দৌরবা পাপকী থবক অসি কোক্লবা পাম্বৈস্তু তাকপীয়ু। ঐখোয় অনিনা লুপা লিশিং মরি পুথোকচদুনা সমাজদা দান তৌজগে, লিলা অদুদি তোকপীরগা অতোপ্পা লিলা অমা ওইনা উৎপীয়ু। অফংবা শেলনা ঐখোয়দা পীবীয়ু, ঐখোয়না পুথোকচরিবা শেল অসিগা পুনশিন্দুনা মপা লৈত্রবা মচা অমস্তুং মমা-মপা লৈজদ্রবা

মচাশিংবু মতেঙ পাংজগে, থাজবীদ্রবস্থু মীয়াম সমাজ অমস্থুং গোভর্ণমেণ্টকী মক্ষমদগী য়াথং-হুকুমনচিংবা লৌজগে অদুগা ওজা-খোয়গী কোমিটিনস্থু মতম পুম্বদা ঈথক্তা য়েংশিনবীয়ু অমস্থুং পাউতাক পীবীয়ু। অদুগা মমা-মচাদস্থু লুপা লিশিং অনি পীজগে।"

ঙাইহাক মরু লুক্কুনা খল্লগা ওজানা খুম্লকই, "তা-যদুগা তা-কমলগা অনিনা তাকপীরিবশিংগী মনুংদা অকোনবগী রাক্ষম অসিদি মতুংদা অমুক পনবীগনু, শেল লৈ হায়দুনা নাপল তৌবা মাল্লি। মখোয় মমা-মচাদি য়াম্না পুকচেল চাউবা মীনি, শেল পাম্বীবা মীতা নত্তে। অদুগুম্বা রাঙাঙনা মীওইবা জাতিবু মিংচৎ থীহনবীগনু। অদুগা, অহানবগী রাক্ষম অসিদি ঐস্থু য়াজনীংই, কোমিটিগী মীশিংদস্থু য়াবীনবা হায়জগে।"

মহাক্কী অসিগুম্বা রাঙাঙ তাবদা মখোয় অনি অমুক হেন্না ঈকাইখ্রে। করিগুম্বা লৈক্রেক অহোবা লৈরম্লবদি হোগায়রগা চঙথ্রগে খল্লে। রাঙাঙ শোয়থ্রবনি রারৌবীগনু হায়দুনা হন্না হন্না হায়জহুনা ওজানা মখোয়না হায়বা ইনবা তাখি। মতুংগী নুমিত্তা কোমিটিগী মীতিন সভা ফম্বদা মখোয় পুম্বা ওজাগী য়াথং ইনবা তাখ্রে। মরম অসিদগী যদু-কমল অমস্থুং মচা অনিবু কৌরগা মণি মমা-মচাগী মক্ষমদা ভক্তি তৌদুনা মরাল ঙাকপীনবা হায়জহনখি। মণি মমা-মচানস্থু য়েংথী-রাখল থাদোক্কুনা মখোয়বু চানবীখি।

থুমিৎ অদুদগী হৌনা হান্না শান্নরম্বা লিলা তোক্কুনা অতোপ্পা লিপ্সা অমা শান্নবা হোৎনখি। যদু-কমলনা হায়জবগী

মতূংইন্না তেঙবাংনবগী শেল মখোয়দা শিন্নহুনা মথক্তা কোমিটিনা মিৎয়েং চঙশিনবা হায়না লেপ্পখি। অসিগুম্বা ওজা অমুবীগী থৌশীল অসি উবদা মখোয়না মহাকপু লাইমক্কি খঞ্জহুনা লুনা নীংখি।

---

# মধুমতি

নোংমা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা কালা-থম্বৌনা মতম অহুগী চৎনবী মতূংইন্না মখুক্তা কোল তোপ্পা চৈ অমমম পায়হুনা খ্বাইরম্বন বাজাররোমদা লাকই। নুংথিলগী মতমদা ওলাংলম্বা নুমিৎকী মঙান্না অঙৗংবা শকলোল পুহুনা নোংচুপ চীংদোল তন্নকপদা নুংশিৎকী অতপ্পা খোঙচৎনা উপাল-রাপাল পুম্বদা থেংবদা তপ্পা জগোই শাবগুম নীংথিজহল্লি। ভাঙানবা নোংজাবীগী মপৈনস্থু নোংচুপ চীদোললোমদা সনা অহিংবা মচুগুম্না ভাল্লক্লি। অসিগুম্বা মতমদা মথোক কারক্লিবী শকফবী নুপীমচা অমা অহল ওইরপ তৌবী নুপী অমগী মমাঙ থাহুনা সনা কোনুংগী স্নথোঙলোমদগী থোরক্তুনা মমায় অরাং পাংনা লম্বীগী মতূং ইন্না লাকপনা শঞ্জেম্থোংলোমদা চৎথ্রিবা লম্বী অসিগী তিন্নফমদা থুংলয়ে। মখুক্তস্থু থরো অঙাংবা অমা পায়রহুনা লাক্লিবী অসিগী চোইনা তারবী শাইনোন্দস্থু পোমশানরবী লৈহাও অনিখক অমুবী শন্নাং খরনা য়েৎশিন্দুনা থেৎলিবা অহু খোঙথাং খুদিংগী তত্তনা হাই হুল্লি। মহাক্কী কুচু ঙৌরবী মায়থোং, তঙাংলবী চীম্বাল

অমস্লুং থেক্লা চৎপী শাথেক্লা খোইমু পাখংশিংগী পুক্লিং শুক্নাৎনবগী মশক্লি। অসিগুম্লবী মহাকপু লাপলপ্পা উবদা কালা-থম্বৌ অনি খোঙথাং তপ্পা চত্তুনা ঙাইহুনা লৈরম্মী।

মতম অহুগী মৈতৈগী লৈশাবীশিংদি হৌজিক ওইরিবী শকফমশিং অসিগা য়াম্না খেন্নৈ। খঙবীনবা য়াওদনা মাঙথ্রগদৌবী শকফমশিং অহু মতম কুইনা লৈহৌনবগীদমক্তা মতেক খরদং থাজনীংই। হৌজিক্তি লৈশাবীশিং মৌগী মতৌগুম্না শম লোইনা হাইগত্তুনা শম হাৎনরে, অহুনা মৌনি, লৈশাবীনি হায়বা খঙবদা রানরে। মতম অহুদদি অনি অসিগী খেন্নবা হেক্তা লায়না খঙবা ঙম্লম্মী। লৈশাবী পূম্বা মায়থোংগী অকোয়বদা শাই কোয়না কক্লরম্মী। মখোয়না পাখংশিংবু য়াম্না হঙ্গোইনা লোয়নরম্মী, পাখংশিংনস্তু লৈশাবীশিংবু ব্যবহার কায়দনা ফজনা লোয়নরম্মী। অহুন্নদি ওইরবদা, লৈশাবীশিংগী ময়ুমদা পাখং য়াম্না কোয়ববু ফজবী থানরম্মী, পাখং ঈকোয় কোয়বীদবা লৈশাবী অহু লেম্বা রাৎনরম্মী। মহু লাইরিক তম্বা থোইনা য়াওনরমদবদগী থোক্লিবনি। অসিগুম্বা চৎনবী রুহি অসি সহরদগী লাপথোকপা চাওখৎপা রাৎপা মফমদা হৌজিকস্তু চৎনরি।

চৎনবীগী মতুং ইনবনা কালা-থম্বৌনা লাক্লিবী মহাক্কী চেংলৌ উবদা পুক্লিং-হকচাং পূম্বা শুক্নাৎথ্রহুনা রা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদনা মতুংদা তপ্পা শোৎ শোৎ ইল্লি। মতুংদা পাখং অনি ইল্লকপা অহুদা চৎলিবী মহাকস্তু নুংঙাইজবা ইরাং মচা অমদি থম্মোইনুংদা ফোং ফোং কাজরি। মচাগী লেঙ্গা চাবা পাখং অনি মতুংদা

ইল্লকপা উবদা নিঙোল পোকপী পলেমগী পেঞ্জবা লোইজরে। অস্নুম্না লাকমিন্নবনা শঞ্জেম্থোং লান্দুনা পল্টন মনুং ক্ষাওত্নুনা চৎলক্লে।

মতম অহুদি বৃটিশনা পানবা কালনি, পল্টন মনুং শমহুনা চৎপা থিংলমদে। অস্নুম্না লাকপনা ন্নুংজ্রেং পূখ্রি হেন্দোক্কুনা কেক্রুপাৎ য়োৌরক্লবা ফাওবা পাখং অনিনা ঈহন মহেন্দ্রবদা মমানা তপ্না হংলকই, "ঈবুংঙো অনি! কদায় য়োবীগদৌরিবনো ?" "ঈন্দোনবু, ঐখোয় হৱা চাবা অস্নুম চৎচরিবনি। সঙ্গাইবু কদায়দা ওইবীরবনো খঙজনীংখ্রেদ।।" "আ—চীংমৈরোংদা লৈবনি ঈবুংঙো। হনুমান ঠাকুর খুরম্বা লাকপদা শ্রীগোবীন্দস্নু দর্শণ তৌজরক্লে।" "আ—বরবু কয়া য়াম্না ফংবীরক্লিগবা। ( লৈশাবীদা ) হাঃ হাঃ, আ—ঈবেম্মা! বর করি নিবীরকপগে ? বর চাউনা ফংবীরক্লিনিনা ?" লৈশাবী, "হোয়, ফংজ্জরকই।" "হোয়নে, বর অসিদি লৌদা লৌবীরবদি খৱা চাউনা লৌবীবা, লৌদ্রগা পূমতোক হেক্তা তোকপীবা। হাঃ হাঃ। আ— ঈবেম্মগী মিংবু করি কৌবীবগে ?" মমানা' "মধুমতি কৌই ঈবুংঙো।" "মিংস্নু য়াম্না ফজবীখ্রেদ।।" "ঈচা মথন্তনি হায়হুনা ফজবদা খন্দুনা ঈন্দোন্না থোল্লবা।" "হোয়, ঐখোয়স্নু অহুম্না খঞ্জে।"

অস্নুম্না ৱারী শাহুনা লাকপনা হৌজিক্কী ডিঃ এমঃ কলেজ লৈরিবা মপা লান্থোক্কুনা মধুমতিগী ময়ুম য়োৌরে। পাখং অনিগী নীংলিবা আশা থুংহন্নীংহুনা মমানা মখোয় অনিবু খুদোং ক্ষাল্লখিসি

হায়দুনা ময়ুমদা চঙমিন্নরক্লে। মচানুপীনা য়ুম শো হাংদোক্কুনা ফক থারম্লগা হীদাক হানবা লাক্লরিঙ্গৈদা মমানা মোরাদা ফমদুনা পাখংনা পীবা চুরুট থক্কুনা রারী শারি। মখোয় অনিগী মরা তাবদা পাখং অনি অসি ঈনাকখুনবা মচানি হায়বা খঙলে। মখোয় অনিগী মশক-মতৌ ফজবা অদুদা অনিগী মরক্তা অমদা মচানুপীবু পীনীংলম্মী। হীদাক থকপা লোইদুনা চৎলমদাইদা 'মরক মরক্তসু লেঙথোরকউ' হায়বা রাহৈ অমা মমানা হায়রকপা তাবদা চঙবা নুংঙাইবা মক্ষমনি হায়না মখোয় অনি পেন্নখি।

নোংঙানবগা মখোয়নি উনদুনা ঙরাংগী মক্ষম অদুদা কোয়রুসি লেপ্পরে। কালানা খরখিৎ হৈ-শিংবনা মধুমতি লৌবা হায়না মখোয় অনি য়ানরদুনা নুংথিল খরা ঙল্লপ্না ফিজেৎ লৈতেংদুনা ময়ুমদগী যাত্রা তৌরক্লে। মতম অদুদি হৌজিক্কী মতমদা তৌরিবা অম্মুন্না লাইরিক তম্বা ছাত্র-ছাত্রী ঈরৈ লৈনরমদে। অদুনা, মখোয়নি ইবা-পাবা ঙম্নবদা তম্লগা কোয়বদনা মপূং ওইদুনা লেল্লম্মী। মতমগী মমল খঙদবা, কোয়বনা মপূং ওইরবা অনি অসিনা মধুমতিগী ময়ুম য়ৌরবা মতমদদি চঙবা ঙমদদুনা থোঙ্গাল মপাদা চাদুনা লৈরে। মখোয় অনিবু উবদা ঙরাংগী পাখং অনি অদু লাক্লে হায়দুনা মমা-মচা রাদি ঙাওনদনা হরাওনরি। মমলি মমলি তৌবা মতমদা মখোয় অনি চঙলকপদা তুলশিবুং রাই তৈদুনা লৈরম্বী মধুমতিনা তফিং তফিং চঙখ্রগা ফক লৌথোক্কুনা ফিদা থারে। মচানা হীদাক হানখ্রিঙৈদা ঙরাংগুম্না মমানা পাখংশিংগা রারী শাদুনা ফম্রি। অম্মুন্না থা অমরোম চঙলক্রবা

মতমদা হান্না কোইনরম্বা পূম্বা কোক্ত্‌না হঙ্গোইনবা লৈনরকত্রে, মমাবু কৈথেন্দগী ঙা-চাক লৈহন্দুনা তোয়না চাক চানরে।

নিঙোলশিংদি মমাগী য়াবা য়াদবগী ইঙ্গিৎ য়াম্না ইঙ্গে। ঈনাকখুনমা মচা কালানা মপাদগী শেল লোম্না লৌরগা মচানুপী মধুমতিগী লিক-কোল শারকপা, মফিমরোল লৈরকপা অমস্তুং য়ুমগী লৈত-লায়রনচিংবা খরচ তৌরকপদা মচানুপীবু মাগী মফমদা মতিক চাবা মীনি খন্দুনা চিংনবা লৈতনা থাদোক্লে। মথোক কারকপী, মপূং ফারবী যৌবনগী ঈথক্তা তাউহুনা লৈজরিবী মধুমতি খাঙবদা রারবা নুংশি মৈনা চাক্ত্‌না তনৌরবী মশা অহু অমুনবা তাউজিং হৈরাংগুমখ্রে। পাম্মুবা লৈতনা মমল য়াম্লবী মথরাই-হকচাং পূম্বা কালাগী মফমদা কংখ্রে। নীংবা থুংলবা কালানা নুংথিল পোবোপ্তুগী নায়তোম লাক্ত্‌না মীয়ুম্বু ময়ুম শাহুনা লেল্লগা নুমিদাং পূং ১০ রোম তাবা মতমদা হেক হেক ময়ুমদা হনখি। অস্তুম্না লেল্লকপদা হৈরাং লোঙ্গানবগী তাউজিং মরু হুল্লকপা লোইদাম থাবূম তরেৎ শুরকপদা রাগী অরোনবা লংলা-লংজিল লোম্না লোম্না শন্দোকখিহুনা মপা যহুগী নাপ য়োখ্রে। মীনা ঙাঙনরিবা রাফম অসি চুমত্রা হায়হুনা মচানা ভিন্নবা থস্বোদা হংবদা অচুম্বা মরম ওইরম্লে। মমৌগী মমিং-মথা হংলগা খোঙ্গূল লীরুবদা নীংবা কায়নবগী মশক ওইত্রে, মরমদি মহাক মমা লুখ্রাবীগী অমত্তা পোকপী মচানি অহুগা নিঙোল পোকপা মপাদি লোইরম মচা ওইরম্বদগী শেং-দোক্ত্‌না লৈমিন্নরম্বা পঙকুই কুইরমখিদে। মরম অহুনা লৈকায়না

থোইনা তিন্নমীংদবা মীশক অমা ওইরম্মী। অসিগুম্নবা অমাং-অশেং খায়বগী পথাপ অসি হৌজিক্কী মৈতৈ সমাজদগী মতম অদুদনা হেন্না কনশিল্লম্মী।

মতাঙ অসিদা লোইরমগী ব্রাকম পল্লমদনা তোকপা ঙমদবদগী থরদং থন্নসি। লোইরম মচা হায়বা অসি অতৈবু নত্তে, হরিজনশিংগী কাঙবুবুনি। থায়না নিংথৌগী শক্তিনা লাইগী শক্তি ওইনা পাল্লিঙৈগী মতমদা নিংথৌনা য়াদবা মীশিংবু মী তিন্নগনু মাংই হায়দুনা ঈস্থোক্লগা অতোপ্পা মফমদা তোপ্পা থম্নরম্মী। নিংথৌবু কিবদগী মখোয় অদুগুম্বশিং অদু ফনা ফবা জাৎ অমস্তুং শাগৈদা পোক্লবস্থু অদুম অতোনবা, অমাংবা জাৎনি হায়না লৌখ্রে। অদুগুম্বা মখোয়বু হরিজন হায়না অদুম খঙনখ্রে। মণিপুরদদা নত্তনা অসিগুম্নবা তমথীরবা পথাপ অসি ভারত শীন্থুংনা চৎনরম্মী। মহাত্মা গান্ধীজীগী মঙান্দগী তমথীরবা শাজৎসি হৌজিক্তি ভারতগী লাপ্পা চৎখ্রে। অদুবু, ভারত জাতিবু মশক খঙদবা তোল্লবা মীশকশিংনদি হৌজিক ফাওবা হান্নগী অদুনা কৈ হায়না পাম্নবা য়াওরি।

অসিগুম্নবী অতোনবী নিঙোলবু মমৌ ওইরবদি লৈকাই-সমাজনা ঈস্থোকপীরগনি থনবদা শাউবনা মৈ হৌরবা মমা-মপানা মীশক অসি লৌদনবা মচাবু কন্না থিংলক্লে। মমা-মপানা কন্না ব্রারকলকপা অসিদা মচাস্থু কিবা অমদি চিংনবা পোক্কুনা মধুমতিগী ময়ুমদা কোয়বা চৎপা ঙমদ্রে। তাঞ্জা অসিদা, অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবীরগা থিংবা লায়গনি খন্দুনা মশক-মতৌ ফজরবী,

জাৎ ফরবী অমস্তুং সঙ্গ ফরবা মমা-মপাগী মচানুপী অমা হায়না-
শীংনহুনা থুনা লুহোংবীরে। মমা-মপানা য়ারবী শকফবী নুপী
অসিগী মমিং নুংশিরৈ কৌই অমস্তুং য়াম্না হৌন-চৎনবী খঙবী
নুপীমচানি। মহাক্কী নীংথিরবী লমচৎ-শাজৎনা মকু-মনেমদা নত্তনা
মপুরোইববুস্থু শুক্নাৎলম্মী। মতম অসিদদি কালানা মধুমতিবু
কাউখ্রে, নোংমা ফাওবা মাগী ময়ুমদা চৎনবা আশা তৌখিদ্রে।

অমরোমদনা করম তৌরি— তাউজিং মরু হুনবা লোইদাম
থাশীং শুরক্লবী মধুমতি অরাবা ঈপাক্তা তাখ্রে। মপুরোইবনা
মনাক্তা লাক্তবা থাবুম অহুমলোম শুরক্লবদা মহাক্কী অরাবা
মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী চাংজো ঈপাক্তগী হেনখ্রে। মহাক্কী
অরাবা মখল য়ামখ্রে—পুন্সিগী লৈপুন্নি খঞ্জরবা মপুরোইবনা
অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখিবনা মথংলেন কায়নবগী মৈচাক,
গর্ভ ধারণ ওইরিবা মপা মশক খঙলরোইদোবা মচাগীদমক্তা রাবা,
সমাজনা মীনোক চঙলকদোবগী কিবা, লৈবাক্কী অঙম্বশিংগী রায়েল
শাসন্না -মথক্তা পীরগদোবা অরাবা, মপুন্সিদা অরাবা মৈচাক
খাঙহুনা লেপ্লগদোবা মতম অমস্তুং হৌখিবা থোথোক্কী নীংঙমলক্তবা
অসিনচিংবা অসিনি।

মহাক্কী লৈদগী হেন্না তনৌরবী মথরাই-হকচাংবু অরাবা
মৈচাকশিং অসিনা চাকলক্লবদা খাঙবা ঙমদ্রহুনা হিক্লা হিক্লা
কপ্পুনা মমাদা হায়রকই, "ঈমা, পলেম অপোকপী। নহাক্কী
রাখল থেল্লবী লমজিং ইল্লুবদগী নমোমগী লৈফম লৈরকত্রে,
সংসারদা মীওইনা হিংহুনা লৈজনীংদ্রে। অরাবা লম্মেগী মৈচাক

ফংহুনা ওম্না থোইনা খাঙলবী ঐগী থরায় অসিবু কন্নবা নহাক্কী করি পাম্বে লৈরিবগেনে ঈমা ? লৈরবদি নচাদা তাকপীরো, নচাগী অৱাবা মৈচাক মুৎনবা শাস্তিগী লম্বী তাকপীরো। ঈমা, নহাক্না নথুক্তা মৈরা পায়হুনা ঐগী থম্মোইদা চুখিবদগী হৌজিক্তি মৈরি ৱাংনা চাকখৎলকলে, নচা অমুক খাঙবা ঙমজদ্রে। তাকপীয়ু, অশেংবা পাউখুম পীনবীয়ু। নহাক্না ঐবু অমুক কনবীবা ঙম্বী-ৱোইদৌবা লৈরবদি মীওইবনা কিনৱবা, তাবদা বিষ্ণু শোন্নরিবা আত্মাঘাত হায়বা অহু লৌজরগে। অমুক্তা তাকপীয়ু, খুম্বীদ্রিবা করিগীনো ঈমা ?”

অসিগুম্নবী ককপা য়াদ্রবী মচাগী ৱাঙাঙ তাবদা মমাগী খুম্ফম খঙখিদ্রে। মমা-মচা ঙাইহাক কপমিন্নহুনা লৈরুৱগা হায়রকই, “ঈমাগী ঈবেম্মা ; ঈমানা থাঙ্গৈশেংনা নংগী নফমদা লানথ্রবনি, ঈমা খুম্ফম খঙদ্রে। অসিগুম্বা অৱাবা মৈচাকশিং অসি ফংদনা ঈমা-ঈচানা নুংঙাইনা লেল্লম্বা মতমদো কল্লকইদা। মতম অমদদি অসিগুম্বা অৱাবা অসি লাক্কনি হায়বা থাজরমদে। ঈনাকখুনবগী মরল-মথুম, সনা-লুপা খরদং পামলুবদগী অমদি মখোয়বু ঙাই-শেল ওইবা পাম্মুবদগী অসি থোক্লরিবনি। মহুস্থু ঈমা-ঈচাগী চাওখৎকদ্রা হায়হুনা পঙহুনা তৌরুবনি, মাঙননবা তৌবদি নত্তে। অহুগা ঈবেম্মা, নহাক্কী অকোনবগী ৱাফম অহু মতূংদা অমুক পনগন্নুকো ঈমাদা। নহাক্না লৈত্রবদি ঈমাস্থু নতূং শোয়দনা ইল্লক্কনি। অহুনা, শিবা তারবস্থু ঈমা-ঈচা শক্কা শক্কা য়েংনহুনা চপ মান্নমা মিকুম অমত্তদা শিমিন্নসি। নহাকী

নথরাই ঈমানা শোয়দনা কন্নবা হোৎনখিগনি, ঈমাবু তাকলমদনা শিবা য়াবা পোৎ নত্তেকো ঈবেম্মা।"

অম্মুন্না মমা-মচা পুকমেন পাওমেম্নরগা কালাগী খোঙ্গুল লীবা মমা খোঙশান্দোরক্লে। অহানবদা মানা কালাগী মরুপ থম্বৌ উনহুনা কালাবু কৌথোকহল্লগা ৱা তানরে। চেনবা য়ার-রোইদৌবা থবক অসিদা নাম্থোক্লবা হোৎনরবদি লৈবাক্কী ৱায়েল শাসনগী মতেঙনা ফাগনি হায়বনচিংবা কিহন্দুনা অমস্তুং থেমহুনা য়েংলক্লবদা চেনবদি করিস্থু চেল্লোই হায়হুনা কালাগী ৱাশক পীরক্লে। তৌগদৌবা ৱারম কয়ামুক ঙাঙনরগা মহাকময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুমদা হেক য়ৌবদা মচাদা পাউসি তম্বদা মহাক পুক্লিং খরা নেমথহুনা অৱাবা মৈচাক খাঙহুনা লৈবা তাখি।

মতূং ১০নি কোনবগী নুংথিন্দা মতম শুরহুনা নাউয়েক নাউথেম পীরক্লবদা লৈকাইগী অহল ওইরপ তৌবা চান্নরবা নিপা অমা থারক্লে। অহানবদা থম্বৌগা উনহুনা কালাগা ৱা তানরে। কালানা মপাগা লুনা তিন্নরবা তোমচাগা ৱা তানহুনা মপা যহুগী খুজিল থৌরাংগা লোয়ননা শেল মরাং কায়না পুহুনা নিপা অসিগা তোমচাগা মধুমতিগী ময়ুমদা নুমিৎ হেক তাবগা থুংলরে। নুপা অসিগা তোমচাগদি লম্বীদা চৎনা চৎনা ৱা তানহুনা তৌগদৌরিবা থবক পুম্বা অমম্তা ওইমিন্নবা ৱাশক্লগ্রবনি। থাজবী মাইবী অমত্তং কৌহুনা নুমিদাং নোংয়াই চপ চানা মধুমতি মমিৎ-মমায় পাংলে। পোক্লিবা অঙাং অসি নিপানি, মপোপ মতাঙ য়াম্না কৈ অমস্তুং কুচু ঙৌই। ঈশ্বরগী থৌশীল অমদগী অঙাং

অসি পোক্লমদাইদা ঙাইহাক চিংনরুবদগী অশিবগুম্না পঙথনা তাখি। তাঙ্গা চারহুনা মাইবী অসিগা তানরহুনা অঙাং শিরবনি হায়হুনা তোমচাগা নিপা অহুগনা ফুমলুগনি হায়হুনা য়াম্না থুনা মপান্দা পুথোকখ্রে। মধুমতিগী মমানস্থু অঙাং অসি শিখিবনা পাম্লম্মী, মরমদি—মহুনা হিংবা থোক্লবদি মমা-মচাদা বেয়া য়াম্না চেন্দুনা য়াগনি হায়না খল্লম্মী। মরম অহুনা মাস্থু থৌশাদনা তূমিন্না অহুম লৈহৌই। অস্থুন্না পুথোরকপা অঙাং অসি চীংখোঙ য়ৌরহুনা মতা চাবা মক্ষম অমদা ফুমগে হায়না কোম তৌবা হৌরক্লে। অঙকপনি ঈশ্বরগী খুজিল, অঙাং অসি কপ্পা হৌরক্লে। অঙকপা থোথোক অসিদা মখোয় অনি অকিবা অমস্থং পাখৎপা অমা পোক্লে। অহু য়ৌনা তমথীরবা শাজৎ চৎলবা অনি অহুনা অঙাং অহুগী মখৌরী মেত্তুনা হাৎপদি অরুবা থবক নত্তে। অহুবু, জীব অমা হাৎলবদি ঈশ্বরগী দণ্ডি লাক্কনি কিবদগী অঙাং অহু কৈবমননা পুহুনা মখোয় অনি চীংথক্তা প্রব্রপ কাখৎলক্লে। তত্তুনা থাংলকপা অথুবা খোঙথাংনা চীংদোল য়ৌরক্লবদা খরখিৎ কুৎলপ তৌবা মক্ষম অমদা ফিনা য়োমহুনা অঙাং অহু থনম্লগা মখোয় অনিদি থুনা য়াঙনা কুমথরক্লে। অঙাংনা কন্না কপ্লবস্থু তাররোই, শা-ঙানা চাহুনা মরাইনা মাঙজগ্রগনি খন্দুনা মখোয় অনি অমুক মধুমতিগী ময়ুমদা হল্লকখি। থোক্লিবা থোথোক অসি মী তাকথোক্তনবা নিপা অসিদা তোমচানা লুপা য়াষ্খে পীহুনা য়া মেনখি। অঙাং শিরবনিনা য়ুম্মাং পাউ ফাওবা তাক্লক্লনু, কালানা মধুমতিবুদি মপোক অসিমগী লৌররোই হায়বনচিংবা

হায়তুনা মাইবী অতুদা লুপা কুন পীতুনা থেমজিল্লে ; মধুমতিগী মমাদনা লুপা য়াঙ্খে পীতুনা পাউ শন্দোরক্তনবা থেমজিল্লগা নোংঙানবা ক্বাক অহানবা খোংবা মতমদা তোমচা ময়ুমদা হনখি। থবক অসি শীন্নবা লুপা চনি কালাগী মপানা মঙোন্দা পীরকপনি। হৈ-শিংবদগী লুপা চামা-কুন্দা মতিংলগা লুপা মরিফু লেমহুনা মানা ক্ংজরে। থবক মঙ্গল ওইহনবগীদমক লুপা য়াঙ্খে অমস্থু কালাগী মপানা মঙোন্দা পীখি।

নুমিৎ ৱাতোল লোম্না কারকপা মতমদা চীংথক্তা লৈরিবা অঙাং অসি কপমনখিবনা ম॑ক্লি তিংথ্রে। পোকপদগী পলেমগী অমৃত খোম্লাং ময়াদা তারক্তবগী অরাম খৌরাংবনা থম্মোইপুবা ঙমজখিদ্রে। মরক মরক্তস্থু জ্ঞান মাঙহুনা পঙথরি, করিগুম্বদনা শিথ শিথ ৱাম্হনা কপলি। অস্তুম্না অৱাবা খাঙহুনা মতম শাংনা লৈরকপদস্থু থৱাইগা হকচাংগা পুমখাই খাইনবদি ঙমদ্রে, অঙকপা ঈশ্বরগী খুজিল থৌরাংনি। তাঞ্জা অসিমক্তদা চহি ৪৫ রোম শুরবা নিপা অমা মখুত্তা থাঙজো অমা পায়হুনা চীংদোল কারক্লি। ঈশিংবুল খিন্নবা মশা অহুম লোঙবা উশা অমা থিগে হায়হুনা ঈশ্বরনা খলহন্দুনা লাক্লিবা নিপানি। লিরি শিংলিবা নুংশিৎনা অঙাংগী য়ারা খোঞ্জেল পুরক্তুনা মহাক্কী নাপদা য়ৈররে। অঙকপা খোঞ্জেল অসিনা মহাকপু তু খ্যাও চুংহুনা মিপাইবা পোকহন্দুনা কদোমদনো হায়হুনা লেপ্তুনা তাহুনা লৈরে। ঙাল্লিঙৈগী মতমদা অসিগুম্বা থৌথোক্লা করিগী কিরুকম লৈবগে, নিপামচানি অওইবা পরিচয় খঙলুখিগে খন্দুমা মখুত্তা পায়রিবা থাঙজো য়েংলগা মপাঙ্গল

হাপকৎতুনা খোঞ্জেল তম্না কায়রক্লে। কুৎলপ তৌবা মকমদা ফিনা য়োমহুনা মখোঙ-মথুৎ কাওহুনা লৈরম্বা অদু উবদা তুজুংবা পোক্কুনা চঙবা ঙমদহুনা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরে। হরিনান অমস্থুং নরসিংহ মন্ত্র কামথোক্কুনা য়েংবদস্থু অঙাং অদু মাঙদ্রে। মহাক হৌজিক চিংনবা কোক্কুনা চঙলক্লগা তপ্না ফি হাইদোক্কুনা য়েংবদা খোয়রী নাউকম ককত্রিবা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং মচা অমা ওইরম্লে।

নিপা অসি মচা ধারা মমিত্তা উজদ্রিবা মরমনা অঙাংশিংবু য়াম্না লুনা তৌই অমস্থুং মীগী মচা অমত্তং য়োকচরো হায়হুনা পীবীরবদি নুংঙাইজগনিদা হায়না খন্দুনা লৈজরমলিবনি। উবদা মানা খনখি, "অঙাং অসি মপা মশক খঙদবগুম্বা অমা ওইরম্বা তাই, হৌজিক ফাওবা শিরমদ্রিবা অসিদি খোয়রী নাউকম ককত্রিবা মরম্না হিংনবগী শক্তি মরক মরক্তা নাউফমলোমদগী পীরকপননি। অঙাং অসিবু অসি য়ৌনা নুংশিদ্রবা ফাওবা মখোয়না হাৎলমদ্রিবদি মাগী মচা ওইয়ু হায়না তমখিবা মরম্না মখোয়গী মবুক্কিংদা নুংশিহনবা নত্রগা অকিবা পোক্কুনা তৌরিবনি।" অস্থুম্না খল্লহুনা মখুৎনা থা লাম্বা ফংবগুম্না হরাওজরবা নিপা অসিনা পুরকপা থাঙজৌ হুন্দোক্লম্লগা অঙাং অসি মথাদা কোন্দুনা চীংথক্কুগী চেন্থরক্লে। মী উরবদি মুনখিনি মতাগুম্না মাঙ-তুং হন্না হন্না য়েংহুনা ময়ুমদা চেনখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা শূমাঙ মতোন্দা লেপ্তুনা ঈমুংদা চাক থোংলিবী মাগী নুপীবু কৌথোরক্লে, "হো চাউবী! হায় খোয়কউ লাউহে! নচা লৌশিল্লো! নংনা নহানমুক্কী মপোক্তা

হুন্দোক্লম্বা নচাহু ঐনা থেংনহুনা পুরক্লে! থোরকউ লাউনহে চাউবী! তারব্রা!"

অসিগুম্বা ওইথোকত্রবা রাহৈশিং তাবদা চাক থোংলিবী চাউবীনা মপুরোইবা অসি করিগুম্বা লাই-তীল ওক্লহুনা ঙাওরবরা করিনো হায়হুনা চেম্থোরক্লগা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা অকিবা অমগা লোয়ননা য়েংহুনা লৈরে। হরাওনা নোক্তুনা অঙাং পমহুনা লৈরিবা মপুরোইবনা মতৌ করম্না অঙাং ফংলকপগে লীরক্লবদা কিরম্বা কোক্তুনা চঙশিল্লক্লগা অঙাং অসিদা মুন্না য়েংলি। খঙহৌদনা মমিত্তা মপি শীন্থরক্তুনা মচাগী প্রেম ঈহৌরক্তুনা ক্ষিগাও শানা অঙাং য়ারক্লে। মমাগী কৈরা তাংজিন্দা ফিনা য়োমহুনা পমলিবা অঙাংনা পলেমগী অমৃত লাম্বনা ময়া হাঃ হাঃ কাহুনা কপলকপদা অমৃত চেক্রিব্রবী মমানা প্রান পুবা য়াদ্রে; শীন্থরকপা পিনা মচাগী চরৈ কি চোৎলক্লে। য়েংবদা নুংঙাইত্রবা মপানা কোম্থোং লান্দুনা চেনখ্রে, খোমনৌ চেনবী লৈকাইগী নুপী অহুম চেলহায় হায়রম্লগা অমুক থুংলরে। পাউ তাবদা মহৈ মহৈ চেম্নরক্তুনা শূমাঙ-থেল্লোং মীনা পুমথন থনখ্রে। পাউ তাবদা লাক্লিবা পুম্বা ওক্লখি অমস্তুং নুংশিহৈতবা লমচৎ অহুগী দমক চৈনখি। লৈকাইগী মীশিংনা মতেঙ পাংবীহুনা খোইরী-নাউফম্নচিংবা কক্লগা অমৃত খোমলাং মবুক থম্না পীথক্লে। মচা ধারা মমিত্তা উজক্রিবী মমানা চাবোকফমদা চঙহুনা মচাবু কোল্লগা মৈনীং কুমখ্রে। ময়ামগী পাউতাক ইন্দুনা চাউবনা চেনখত্তুনা থানাদা রিপোর্ট তৌখ্রে অমস্তুং মানা ফংজরিবা মচা অহু অশেংবা মমা-মপা চোংথোরক্লবস্থু

পীররোই হায়না রিপোর্ট তৌবদা হায়জখি। মাগী মরাহৈ তাবদা থানাগী বাবুশিংনা নোক্নীংবগা লোয়ননা 'পীরোই, পীরোই' হায়দুনা খুমখি। অদুগী মতূংদা মাগী শাগৈ-নাতৈ পূম্বা য়ুম্মাং পাও তাক্তুনা ষষ্ঠী পূজাগী থৌরাং তৌখ্রে, শাগৈ চাক খাঙনবা হোৎনখ্রে। অম্মুন্না মতম কুইনা মচা ফংজরকত্রবা চাউবা-চাউবী নুমিৎ অসিদগী হৌনা ঈশ্বরনা পীনবা মচা ফংজখ্রে। মচাগী মমিং মমল তাঙলবা ঙাক্তা অনি পূন্দুনা মণিসনা হায়না থোন্নবা মমা-মপানা খন্নখ্রে। মখোয় অনিগী কংদুনা লৈরম্নবা পুন্সিগী আশা অদু অনৌবা ময়োল চোংখৎলক্তুনা রাংখৎচরক্লে।

পাউ হেক ফংবদগী থানাগী অরোনবা মী থাদুনা তৌরম্নিবা ফত্তবা মীশিংবু ফাননবা হোৎনরক্লে। নুমিৎ অদুমক্কী নুমিদাং রাইরমদা মীনা নিস্ফুং নিস্ফুং ঙাঙনবা তারক্তুনা মশক-মমিং খঙজিল্লে। মতূংগী নুমিৎকী অয়ুক পূং ১০ তাবা মতমদা থানাগী বাবুশিং মধুমতিগী ময়ুমদা থুংলরে। চঙদুনা য়েংবদা অচুম্বনি হায়বা খঙলদুনা ডাক্তরগী মীপুগাড়ী লাক্লগা মধুমতিবু পুখৎখ্রে। অদুগা মমা লৈরেনতোম্বীসু ফাদুনা থানা তান্না পুখ্রে। মচীল হুংবদা খঙলদুনা কালা, থম্বৌ, যদু, তোমচা, মাইবী অমস্তুং অতোপ্পা নিপা অমা অদুসু ফাদুনা পুখৎখ্রে। মতূং ১০ নি কোনবদা বিচার তৌরে। মধুমতিগী মমাবুনা মচাবু ওক্তবা লমচৎ চৎহন্দুনা মফম খঙদনা নুপীগী মপোক অরেম্বদা মাঙহনবগীদমক লুপা কুন জরি তৌরে অদুগা মধুমতিবুনা মতূংদা অদুগুম্বা লমচৎ চৎকন্নু হারদুনা রানিং তৌরে। মমা-মচাবু থোইনা অকনবা

দণ্ডি পীখিদবগী মরমদি অঙাং অহুনা হেক পোকপদা শিনা তাবগুম্না ঈকপ কপ্তবা অহুদা মখোয়না শিরে হায়হুনা অহুম পুখোকথ্রে হায়না খুমখি। অয়াওবা মীশিং অহুদি লুপা য়াথ্খে য়াথ্খে জরি তৌখি অহুগা থা অহুম অহুমস্থু জেল তাখি। অস্নুন্না কন্তবা থবক তৌবগীদমক মী অমস্থুং লাই চঙহুনা মখোয়বু দণ্ডি পীহুনা লমল খুমখি। থোইদোকপা অমনা, দণ্ডিদি থোইনা কন্দ্রবস্থু মধুমতি মমা-মচানা খ্বাইদগী হেন্না থম্মোই শোকখি। মখোয়গী অরাবা অসিদি মৈতান্না রাথৈদ্রিবা কাওবা পুমকোক কোকপা ঙমদনা থম্মোইদা য়েক্তুনা অহুম লৈথ্রগনি।

কালা মপা-মচাখোয়না অসিগুম্বা কন্তবা থবক অসি তৌরুবগী দণ্ডি কংবা অসি য়ুম মৈ থাবা মতুংদনি। মতম অসিদা কালা থম্বৌগী মপা যদু-কমলদি ওজা অমুবীখোয়গী কোমিটিগী মথাদা অকবা থবক তৌরনি হায়হুনা লৈরবা মতমদনি। মখোয়না জেল চঙলমদাইদা মখোয়না পুরম্বা থবক অহুদগী লৌথোক্তুনা পুন্সি চুপ্পা থবক অহুদা অমুক য়াওরদনবা কোমিটিনা মখোয়বু তাম্হোকখি; অহুগা কোমিটিনা থবক অসিগী থৌশীনবা ওইনবা মণিবু খনখি।

থৌথোকশিং অসি উবদা ওজা অমুবীনা হায়খি, "য়েংউদো, মীওইবগী মপোক্তা লান্দবা মীনা জয় তৌরিবসি। থাজো, লান্দবা মীগী লমল খুম্নবা মতম খুদিংদা ঈশ্বরস্থু ততনা ঙাইহুনা লৈরিবনি। করিগুম্বা মতমদা মহুবু ঙাইঙমদবদগী লমল খুম্নবা হোৎনবদা লৈবাক রাথোক ওইহল্লি অমস্থুং অঙম্বশিংগী নাকোং রাই চিলহল্লি। অসিগুম্বা থবক অসি চাওখৎপা সভ্য সমাজগী মহৈ-মশিং হৈবা

জ্ঞান তাবশিংগী থবক নত্তে। করি করিগুম্বা মতমদা লাইরিক ইবশিংনা ফত্তবা মখলগী লমল খুম্নবা ৱারীশিং ইত্নুনা লিলা ওইনা ফোঙডুনা শাম্নহল্লগা মীবু পেলহন্দুনা শেল তাল্লি। মদুগুম্বা থবকশিং অদু কবিশিংগী মমায়দা কালি তৈহনবনি। অসি-গুম্বশিং অসি হন্থনা খন্থরক্লবা মতমদা ঈকাইজবনা মমায় পুবা ঙমলোইদৌবনি। হৌজিক ঐখোয়গী কোমিটিনা চৎলিবা শাজৎশিং অসি হৌজিক ফাওবদি থোইনা অকায়বা লৈত্রি খল্লি অমস্তুং ফত্তবদগী ঙাকপীনবা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জসি।

থোইদোকপা অমনা— মীওইবনা মায়াগী লাংদা থুত্নুনা লমল খুম্নবদা হোৎনরিবা অসিগুম্না লমল শিংনবা থবক্তা হোৎনরবদি মীওইবা অসি লাইগী মপোক্না মাম্লনা চাওখৎকনি। লমল খুম্বা হায়বনা ফত্তবা থবক তৌরকপগী দমক্তা ফত্তবা তৌদুনা ৱারকপনি, লমল শিংবা হায়বনা অফবা তৌরকপগীদমক অফবা তৌদুনা শিংখিবা হায়বনি। অনি অসি য়াম্না খেন্নখ্রবা ৱাফমনি। অনি অসিগী অফ-ফত্ত মগুণ ঙাক্না চৎপা ঙমদ্রবদি ফনা চাওখত্তু নস্তু মীওইবনা সমাজগী মকোক থোংনা মতম কুইনা খক পানবা ঙম্লরোই দৌবনি। ঐগী ৱাশিংসি থাজৌ, মীওইবা জাতিশিংগী ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অমস্তুং ইতিহাসশিংনা সাক্ষী ওইরিবা ৱাফম্নি।”

অসিগুম্লবা ওজাগী মমল য়াম্লবা পাউতাকশিংবু মখোয়না ঈশ্বরগী মপাউনি খনখি। মখোয়গী কোমিটি অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা থাঙ্গৈশেংবা লাইগী সভানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

মতুং খরা লৈরগা মমাঙৎঁ মণিগী রাথোক্তা সাক্ষী ওইখিবশিং অদুগী মচাশিং অদুস্তু অমনা গাড়ীনা তক্তুনা শিখি, অনি অমনা নাত্তুনা শিখি। উকিল অমস্তুং অঙম্বশিং য়াওখিবশিংস্তু অদুগুম্বা অশি-অনাগী অরাবা ফংখি। মখোয়না জ্ঞান তাবা রাৎপদগী ঈশ্বরনা লমল খুমলিবশিং অদু খক খঙদে। অসিগুম্বা মখোয়গী অপঙবা রাখলশিং অসিগীদমক খল্লুবদা রাবীদবা ঙমদে।

---

# লমল শিংবা

নিংথেম পূথ্রিগী হৌজিক্কী দৃশ্যদি পূক্লিং হূনবগী মশক্লি। মাইল অমগী অশাংবনা মরাক-ময়ুং চপ মান্নবা পূথ্রিবু কোয়শিল্লি। মণিপুর সরকারনা মপাল অকোয়বা তিংখং তারানা খাজিনবীদুনা পূথ্রিগী ঈশিংদা ফত্তবা তৌসিন্দনবা ঙাক্লি। মরম মরক্তা সিরি মচা খরস্তু মপান্দগী ঈনুং ফাওবা কুমথথ্রি। অকোয়বা মপালস্তু তেমথোকপীদুনা মতা মান্নবা লম্বেল শেম্বীরে। মপান্দা তারিবা খুঞ্জাগী মীশিংনা কোমিটি শেমদুনা পূথ্রিগী ফনবগীদমক মিৎয়েং চঙবীরিবা অসি থাগত্তবা ঙমদে। অস্তুম্না সরকার অমস্তুং প্রজা চঙদুনা পুথ্রিগী ফগৎনবা হোৎনরি।

পাক-চাউরবা ঈপাক্তা লিরি শিংপা নুংশিৎনা হুন্নকপদা ঈথক পিরা হৌরকপদদি অরূবা লিক্লাই মহিনা ঈহৌরকপগুম্না নীংথিজে। মরক মরক্তা তারবা পাৎকী উচেক্না থাদোক্তুনা

চৎপা ওমদতুনা য়ারেক্তুনা ফাওবা লৈনরি। কালেনগী শারবা নুংশানা লাইজ ঈশিং কংখিতুনা ঈশিং ফংদবগী ঈখৌ লাংলবা প্রজাশিংবু অরাম-খৌরাংস্থু কোকহনবীরি। ঈশিং রাদনা ফংবা য়ানবা নোংচুপ থংবা মপানলোমদগী ঈশিং চিংখৎলগা রাংখৈ শোরোক্কী ময়াদা কালেন খুদিংগী কোক্ফু খিল্লি। কৌক্রু পাংলপ্পা নোংচুপ থংবা মপান্দা ভগবতী দেবীগী মন্দির লৈ, মতুগী মখা পাংলপ্পা রামজী প্রভূগী মন্দিরনা পুখ্রিগী মণ্ডুণ অমুকস্থু হেঙ্গৎহল্লি।

পুখ্রিগী মণ্ডুণ থারকপদা পল্লমত্রবদি দষ ওইগদৌবা রাফম অমনা পুকচেল চাউরবা শ্রীযুক্ত হঞ্জবম রাধামুহোন শর্ম্মগী মরমদনি। অনিশুবা লাঞ্জাও থোকত্রিবৈগী মমাঙদা ভদ্রলোক অসিনা মশাগী দুকানগী শেল ফাওবা মুৎথত্তুনা পুখ্রিগী ঈশিং শেংদোক-খোৎ-তোকপনচিংবা তৌখি হায়। ভদ্রলোক অসি লৈখিদবা কুইখ্রে।

শকপীনবা য়াওদনা শোনবীনবা লৈতনা মাঙখ্রগদৌবা পুখ্রিগী মহৌশাগী দৃশ্যবু অস্থুম্না শকলোল থাজরি ঃ—

পুখ্রি লক্তগী অথোইবী, ভারত লৈকোয়নুগী অতাঙবী নিংথেম পুখ্রিনা সনা কোন্নুংগী মনাক্তা শ্রীগোবীন্দজী মন্দিরগী নোংপোক্তা ঈংনা পাক-চাউনা অহিং-নুংথিল নাইদনা শন্দোক্তুনা লৈরি। মপাল অকোয়বদা পুখ্রিনুংগী লৈবাক্তা চীংদোং পরেং পল্লি শাতুনা লৈবগুম্না রাংলপ তৌনা লৈরি। নোংপোক্কী মপান্দা চীংখৈ ওইরপ্পা মতাইদা বাজী-খোংনাংনা লাইজ ঈঙাকপগুম্না মশা মরেং শন্দোক্তুনা চীং-লেম্না লেপ্তুনা লৈরি। রাংখৈ শোরোক্তগী নোংপোক পাংনা চুমত্রিং কাপখ্রিবা লম্বী মচা অমনা নোংচুপ থংবা মপানগা

শম্নখিবুনা চৎনীংবা মায়কৈ খুদিং চৎপা য়ারি। লশ্বী মচা অসিনা পূথ্রি য়ৌরমদাইদা অরাং থংবা নাকন্দা খোংনাং হোগায়বীনা অকিবা শক্তম পুবুনা পূথ্রিবু ঙাক-শেনবগুম্না উরি। চাউরবা উপালসিগী মখোঙদা লৈবাক্তগী লেপ অনিরোম হেল্লপ তৌনা, লম ফানীংচিং পাক্লা হোরিবা মফম অদু ঈ তাবগুম্না ঈ মানবা অনংবা মখোম থনং থনং নপ্তুনা লৈরি। হোগায়বা অসি মনুংদা অস্থম হোখিবুনা মতোন ফাওবা শম্নাগুম্না উরি। মখা থংবা নাকন্দনা অচৌবা খোংনাং পাস্বী অনি তুংথ-মাঙথ লেপ্তুনা মশা মরেং শন্দোক্তুনা লৈরি। পূথ্রিগা খরা নকশিনবা পাস্বীগী মখোঙদগী মতোল ফাওবা কুৎতক তৌবা ডাগ পাক্লপ তৌনা লৈরি। মসি থায়না নিংথৌরোল হাক্তক্তা শামু য়াইশা কাখিবগী খোঙ্গুলনি হায়না মৈতৈগী অহল-লম্মন্না রারী তৌনৈ। খেংনাং অহুম অসিগী মমিং 'খোংনাং অহুম ফাংবী' হায়না মমিং চৎলি অমস্থং লাইগী শক্তি লৈবা অরুবা উপালনি হায়না ভক্তি তৌনরি। মখোয়না পূথ্রিগী লাইজ ঈঙাকপগুম্না অহিং-নুংথিল অনিদা নোংচুপ খোঙ পুরি। হৌজিক লৈরিবা রামজী প্রভূ অমস্থং ভগবতীগী মন্দিরশিং অসি মতম কুইনদগী লৈরক্লবনি। অকোয়বদা তারিবা খুঞ্জাগী য়ুমশিং অমস্থং হৌরিবা উপালশিংনা লাইজ দৃশ্য ফজবা অমুক হেন্সৎহল্লি।

অসিগুম্লবী পাক-চাউরবী লাইজ ঈপাক্তা কণ্ড অমস্থং চরাংনা মরক মরক্তা শন্দোক্তুনা লৈরি। মপালগী অকোয়বদা লল্লপ তৌনা হৌরিবা ফূগায়না শাৎপা থম্বালবু উবদা খোইমুশিংনা

মিহৌদুনা মনাক্তা ঙংনা ঙংনা পাইরি। পাইজবদনি খোইমুশিংনা লৈরাংবু কল্লক্তনা, তোংবদি ঙমজদে কিদুনা পুখ্রিগী মগুম্না হেনবনা। তাম্না তাম্না উরিবা মীতাকম খরা মনাক্তি কঙ-চরাং হৌদবনা লিক্লাইগী তক্ষা থিনবগুম্না নীংথিজৈ। কঙ-চরাংশিং হৌজরবস্মু লাইজ ঈপাক্লা চাউবনা অরংবা ঈপাক ওইনা উরি। ঙানু, থঙ্গোং অমস্তুং কাংঙনচিংবা পাৎকী উচেকশিংনা ঈয়ায়দা ঈরোইদুনা শান্নরি অমস্তুং চাক্তারি। মুংশিৎনা লিরি শিৎলকপদা ময়ায়দগী হৌরকপা ইপোম্না অস্তুম অস্তুম পিকথরক্তনা লৈরায় য়োরমদাইদা মাঙখিবগুম তৌরি। ঈকাকথীবী নুজানা মথংলেন মক্ষমদা পুক্লিংগী হ্নারম ফোংদোকচগে খন্দুনা ঈকাই ঈকাইনা তফিং তফিং লাকচরগা মনাক য়োরকপদা ঙাঙথোকপা ঙমদদুনা লোম্থোক্তবী শকক্ষম ওইবগুম্বী লাইজ ইপোম পাংখক্লি। করিগুম্বা মতমদনা জপ জপ লাউবা মিরবী খোঞ্জেলনা ইপোম চাউরপ থুংলদুনা লৈরায়দা য়ৈরবদি, অদুগুম্বী নুজানা তুমিন্না লৈরম্বদগী খোয়রুম মিনোক খোন্থাং থোকপগুমই। নোং-চীং থাংদবা অয়ুক্তা শংলৈনবা লাইজ, নুংশা কল্লক্লগা অরংবা লাইজ, নুমিদাংব্রাইরমদনা সনা মচু-অরংবা-শংবান্নবা মচু অদুম্না তিনবগুম উরিবা লাইজ ঈপাকসি উবদা তাইবং কনাগী পুক্লিং শুক্ষৎলোইদৌবা লৈবগে।

অস্তুম্না নীংথিরবী লাইজগী নোংপোক থংবা মপান্দা নোংমগী নুমিদাংব্রাইরমদা শল্লাং কোইকরুরবী চহি ১৩ রোম শুরবী নুপীমচা অমা পুখ্রিদা ঈল চিংলি। ঈশিংদগী ঈল হেক শোনগৎপদা ঈম্নুংদা চোংলিবা অরংবা ঙাশিং অদু অরংবা লুপাগী শেল

ময়েকশিং চাইথোকপদা চেন-চোংবগুম্না নীংথিরি। হরাওহুনা মোমোন নোক্লবী চীম্বান্দা ময়েক শেংদবী ঈশৈ তপ্লপ্না ঙংহুনা ঈন্দগী ঙা লৌখত্তুনা বালটাদা হাপচিল্লি। চাউরৈ কনবনা লৈশা মপূং ফাবগুম উরবী মায়থোংগী চুবাদা শাইনোম্না পুংলোল খৎপগুম্না তপ্না য়ৈরি। ঙৌরবী মায়থোং, কোইরপ তৌবী মুরবী পিশুম, নোংথাং কুপ্পগুম্না লংলবী য়াতোল, খোয়রুম তৌবী শুম্ফৎলবী শকফম, থম্বৌ হেরা ঙমজবী পামোমদা সনা খুজি শিবগী ফজবা, অশংবা ফুরিৎ লিংলগা অঙাংবা ফনেক খোয়খা শেৎপগী মথোক কারকপগী শাওং, তঙাংলবী খুনিং অমস্তুং ঙৌরবী খোঙদানচিংবা য়েংবদা খোইমু পাখংশিংগী পুক্লিং শুম্ফৎলোইদৌবা লৈতে।

অস্তুম্না ঈল চিংলবী মহাক্কী মনাক্তা চহি ২২ রোম শুরবা পাখং অমা খঙহৌদনা মনাক য়ৌরক্লুনা মভূংদা লেপ্লুনা য়েংলি। ঈল থাঞ্রগা মখুৎনা ঈল্লী পায়হুনা নুপীমচা অসি ফমথরক্লে। তাঞ্জা অসিদা পাখং অসি চঙলক্লুনা ওইগী খুদোম্বী অতৎপা অহুনা বালটী মনুংদা থিংজিন্দুনা ঙা ওৎশিন্নরি। নিপা অসি মশম-মতৌ ফজে, শাওং-শাদা ফৈ অমস্তুং তপ্না উই; অহুম্নমক ওইহুনস্তু মখুৎ অতৎপা অহু উবদা তুক্কচহুনা চৈরকই, "খুৎতৎপা! চৎথোকখ্রো চৎলোদা! কৈদৌনা লাকপীরিবনো? নমায় পান্দ্রা! নহান্দা নত্রা ঐনা থীনা চৈখিবা অহু!" "মাল্লি, পঙকুই কুইদ্রি, ঙসি মঙানিদা মঙায়রি, য়াওশঙ লোইবা নুমিৎকী নুমিদাং থাবল চোংফমদনি। মহুদস্তু করিস্তু হায়জদবা ঐবু নংনা

খুৎতৎপা হায়দুনা নোক্লখি।" "অদুদি নমায় ঈকাইদ্রা? করিগী লাক্লিবা?" "ঈকাই, লাক্লোইদৌবনি। অদুবু, নংনা কৌবগী লাকপনি।" "হাঃ হাঃ হাঃ, ওন্থোক্লা চীফ্ফেল ফগ্রে, ঈকাইবা নাইখিদ্রেদা কদায়দগীনো।"

হৌজিক পাখং অসি মমায় ঈখেংমুক ঙাংনা হন্দোকখ্রগা মরু লুক্কুনা ফমথগ্রে, ঙাইহাক লৈরগা মমায়দি ঈহন হঙ্গত্তুনা থম্মোই শোকপা খোল্লেন্না হায়রকই, "সনাতোম্বী, ঐনা নহাকপু খঙবা নুমিৎ অদুদগীনি। অদুগা, ঐগী খুৎ অসি ঈমানা হেক পোকপা মতমদদি করিমত্তা শোয়রক্তবনি, নত্তুং লাংগীদমক্তা তৎখ্রিবনি, নংনা খঙদ্রবননি। ওনখিবা চহিদা নহাক্কী লায়র-খাং-পোক খাম্বী মৈনা চাক্লকপা মতমদা ঐহাকস্থু নয়ুম কন্নবা লাক্লম্মী। মতমদুদা লৈরিবা মীয়াম অপূম্বনা নমা-নচাবু শিবা তারে হায়দুনা মচীন্দদি চাক্লা শোল্লগা শিবা কিদুনা কনাস্থু নমা-নচাবু লৌথোক্কুনা কনবদি ঙম্মখিদে। তাবদা ঐগী থম্মোই কায়রদুনা শিবা-চঙবগী রাংমদা য়ুময়াইদা ফাৎলিবা মিহুৎথোঙ থুদেক্কুনা য়েংবদা মিহুৎ-থোঙময়াদা নমা-নচা রান্থদুনা তুবা উরদুনা চঙলগা লৌথোক্কুনা কল্লম্বনি। থবক অদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐগী খুদোম্বীগী শরু চপখায়দুনা তেকখিরম্মী। নমা-নচা শিররোই হায়বা খঙলবদা অনাবগী চৈনাখেল খাংবা ঙমদ্রদুনা ঐ য়ুমদা অদুম হল্লে। ডাক্তরদা য়েংহনবদা ককত্রবদি য়াররোই হায়দুনা ককখিবা খুমিত্তগী ঈখুৎ অসি তৎলবনি। ঈমা পোক্তবীগী য়েংথীবা শরৈ খাঙবা ঙমদদুনা ঐহাক নুমিৎ অদুদা অশাওবনা লমজিংদুনা শোরোক্তা

চৎলিঙৈদা থেংনহুনা নহাকপু কল্লম্বনি। কাউররিনি? অস্সুক কুইবা মতম অসি ঐনা কনাদস্সু তমথোকত্রি, মতুংদস্সু খক তমথোক্কে খন্দে, নংঙান্দা তমলিবা অসিনা লোইরে। মতমহুদা ঐহাক ছাত্র ওইরম্মী, কুমসিদি মেত্রিক পাস তৌজরে। নহাকপু মশক খঙনীংলক্কুনা থিরকপা মতমদদি থরায়না পামজবী লৈরাং ওইরম্লে। অদুবু, য়াবীদ্রবনিনা ঐনা কনাদস্সু দয় তৌজরোই। পুক্নিংগী ৱারম খরা অসিদংদি ফোঙদোকচরমগে খন্দুনা লাকচবতনি। নিঙোলগী নফমদা খরা য়েৎলমলে, খুৎতৎপা ঐ চৎচরগে, ৱারৌবীগনু।”

ৱাহৈশিং অসি হায়রম্লগা নিঙোলবু চিংনা য়েংলম্লগা মরু লুক্কুনা থুনা য়াঙনা মখা পাংনা চৎখ্রে। মনাঙৈগী থৌথোক অদু মহাক্না জ্ঞান তাহৌদহুনা খঙহৌদ্রবস্সু মীগী মচীন্দগী তাহুনা খঙজে, হৌজিক থীনা চৈথোকল্লুরবা মরমনা খামহৌবস্সু ঙমদ্রে অদুগা ভাব তানা হংহৌবস্সু তৌহৌদ্রে। মরম অসিনা নীংঙমলক্কুহুনা থুক লাউবা পোক্কুনা য়েংহুনা অদুম লৈহৌরে। পাখং অসিদি নোংপোক্কী পূখ্রি মপান খমখিহুনা মমায় নোংচুপ পাংনা মখাথংবা মপান্দা ৱাংখৈ শোরোক তানবা চৎপা হৌখ্রে। অমুক হল্লক্লরোইদোবা ৱাঙাঙশিং অদু থল্লবদা মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে, মমাদা পাউ অসি তমহুনা মখোয়না নহানমখৈ শোন্নরিবা মীশক অদু তাক্লগে খন্দুনা ময়ুমদা চেল্লক্লে। তাঞ্জা অসিদা মমাস্সু থোরকপদা থেংনহুনা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্না ৱারম পুন্থা তম্লে। পাউ তাবদা মমা মচা থুনা চেম্থোরক্লে।

মতমসিদা পাখং অসিদি খা থংবা মপানগী খাইবোক হেল্লপ চংলম্লে। মচানুপীনা মখুৎ থিন্দুনা তাক্লবদা মমাদি পাখং অসিবু তানবা চংখ্রে; মহাক্তি লেপ্তুনা য়েংহুনা অহুম লৈহৌরে। তাম্না তাম্না 'হো ঈবুংঙো! ঙাইহাক্তা ঙাইখো!' হায়হুনা কৌরি। অহানবা কৌবদগী হৌনা মহাক তায়, অহুবু তাশিন্নদনা মহাক অহুম চংখ্রে। মতম অসিমক্তনা ওজা অমুবীগা মণিগা সাইকল অমমম তোংহুনা রাংখৈ শোরোকলোমদগী চঙলকপা পাখং অসিনা উরে। মখোয়গী মশক খঙলবা পাখংনা লেপত্রবদি ভাব অতৈ খনখিবা তারে খন্দুনা লেপ্তুনা ঙাইরে। চেল্লক্লিবী মমাগী অমস্তুং পাখং অহুগী মতৌ উবদা মখোয় অনিস্তু করিনো খন্দুনা গাড়ী থুনা থোরকপদা পুল্লপ উনরে। রাধেনা পাউ অসি তমহুনা মখোয়বু কনখিবা পাখং অহুনি তাক্লবদা মখোয় অনিস্তু করাওরে। মখোয়না হায়জবদগী চঙলোই হায়বা য়াদহুনা পাখং অসি মখোয়গা লাকমিন্নরে। ময়াম্না লাকপা উবদা লাল্লুরবী সনাতোম্বী ঈকাই-নুংশি য়াম্ননা ময়ুমদা থুনা চঙখ্রে। রারী শানা লাকপনা য়ৌরক্তুনা মখোয় মণিগী ময়ুমদা চঙলক্রে।

কুইনা থিরকপদা খঙত্রবা মীশক ফংলবদা সেবা নীংথিনা তৌজরে অমস্তুং রারী-রাখোঙ পূম্বা লীনহুনা মহাক্না মতৌ করম্না মৈনুংদগী কনখিবা হায়বা অহু খঙনরে। য়ুমলোন্নবা মী অহুম মরিনস্তু মীশক মাল্লি হায়রক্লবদা অচুম্বনি হায়না চিংনবা লৈতনা লৌরে। মচানুপীগী মচীন্দগী হাইফেৎ খঙলবী মমানা মচানুপী সনাতোম্বীবু পাখংসিদা কন্যাদান কংলগনি হায়রক্লবদা ময়ামস্তু

য়ানরে। মখোয়না ঙাঙনরিবা ৱারমশিং অহু থাঙ্গৈশেংনমক তাবা ফংদ্রেবস্থু নাশোল ফংলবদা পাখং অসি হৰাওবগা ঈকাইবগা য়ান্নহুনা মমায় পুবা ঙমশিল্লকত্রে। মহাক্কী ঈকাইবা মতৌ উবদা ঙাঙনবা লেপ্তুনা ওজা অমুবীগা মণিগা মহাকপু থিন্দোরক্লে। পাখং অসিগী মমিং সনাতোল কৌই, য়াইস্কুলদা লৈবনি। মখোয় অহুম পূন্না সনাতোলগী ময়ুমদা থুংশ্রে অমসুং মমা-মপাদা ওজা অমুবীনা চীক্লা ৱা তান্নহুনা সনাতোম্বীবু সনাতোন্দা পীবা য়ানরে। কোঠিনচিংবা য়েংনবদা পক্করহুনা মঙানি শুবা নুমিত্তা অওং-অউল চাউনা তমহুনা লুহোংলে। থবক পূম্বা কোমিটিগী মীনা শীন্দুনা চাউনা কন্যাদান ফংহুনা সনাতোম্বী মপুরোইবগী ময়ুমদা থিনখি।

হন্দক্কী থবক অসি মতিক চারবা লমল শিংবনি, অফবা থবক তৌরম্বগীদমক অফবা থবক্লা লমল শিংবনি, লমল খুম্বা নত্তে। অদুগা, মতম অহুদা মৈতৈ সমাজগী মরক্তা নৌনা য়ুমলেপ চারা তম্বা চৎনরম্বনা চহি ১৪ দা ঙায়রিবী মচাবু কন্যাদান তৌখিবনি। লুহোংবা মতুং খরা লৈরগা মপুরোইবা সনাতোনসু কেরাণী ওইহুনা সরকারগী থবক তৌখি।

---

অরোইবা

# লমল শিংবা

মৈতৈগী থাবল চোংবা মণিপুরগী হৰাও-কুমৈশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা অমসুং লেমজনবগী মশক ওইরবা কুমৈ

অমনি। অদুবু, হৌজিকমক ওইরিবা ফিভমগা মমাঙৈগীগা য়াম্না খেন্নে। হৌজিক্তি চাওখৎলকপগী মতূং ইন্না বেণ্ড পার্টিগী যন্ত্র.শংগী নুংশিরবা স্থর অমস্থং তানগা লোয়নননা মাইক্কী অহৌবা খোঞ্জেল পান্দুনা শাবী-শানৌ পূম্বা মতমগী খোঙউপ তোংদুনা, অমস্থং নুপা মখেনা লোংপেন্ট উপ্তুনা চোংনরে। পুকচেল লাকপা ঙমদ্রবা অঙাওবা পাখংশিংবু লম হেন্দনবনি হায়দুনা মাইক পান্দুনা তত্তনা লাউরিবা অয়াকপা খোঞ্জেলনা নাকোংদা শীংজানা য়েবগুম্না তুক্কচবা পোকই অমস্থং যন্ত্রগী নুংশিরবা স্থরবু নমহৎলি। চোংলিবা অদু য়েংবদদি মফজরে, অদুবু পুক্লিং ঈরাঙ লাঙবা পোক্তুনা চরাঙনহল্লি, থম্মোইবুদি শুক্নৎহনবা ঙমদে। ঈকাইবা পোক্তুনা ময়ুম পাল্লবা নুপী-নিপাশিং চোংবা য়াওবা ঙম্দ্রে, অদুগা ঈমা-ঈবেল অমস্থং ঈপা-ঈপলশিংস্থ অকোংবা ভাবক ওইবা ঈকাইনবদগী তোক্লগ্রে। অস্থম্না হোংলক্লিবা মওংশিং অসি চাওখৎলকপগী খূদম্মুদি খরা মকংই হায়ববু অমরোমদদি থায়নগী রুহি খরদি পূম্মাঙ মাঙহনখ্রে। অদুনা, থায়নগী চৎনবী রুহিগী মরমদা খরা অমুক খন্নরগা হৌজিক্কী মওং অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংলগা হৌজিক্কী অসি ফগৎনবা মওং করি লৈরিবগে হায়বা খ:দবা য়াদবা তানফম লাকই।

কুইরক্লগা কাউগ্রগদৌবা থায়নগী চৎনবীবু পাম্মুজবদগী খরদং পঞ্জনীংই। থায়নদি নিপামখৈনা ফৈজোম শেৎলম্মী, খোঙউপ তোংলম্মী অদুগা নুপীশিংদি খোঙউপ তোংবা লেম্নরমদে। শম্লাং কোইকক্লরবী মথোক কারকপী নিঙোলশিংনা খোইমু পাখংশিংগী

মরক মরক্তা থেক্ত্না, অদুগা মৌ অমম্বং পাখং শরীরচিংবা ময়ুম পাল্লবা-পাল্লবীশিংম্মু মখোয়গী মরক্তা য়াওদুনা পন্থৌগী শূমাঙ মথৌবুং বুনারাণী মখোঙদা লিকলেংবগুম্না লেংদুনা হরিগী থাবল চোংনরম্মী। পূং য়েবা, তাল য়েবগা লোয়ননা ঈশৈ শকনবনা ময়ায়দা লেপ্তুনা থায়নগী লিরবা রারীশিং ঈশৈ ওইনা শক্ত্না ময়ামনা ঈশৈ খুমহুনা চোংনরম্মী। ঈশৈ-হারীদু তাদুনা শাবী শানৌশিংগী মতৌ য়েংদুনা পলেমগী লেঙ্গাশিংনা মাঙ্গৈন্দা, পন্থৌগী লেঙ্গাশিংনা শঙ্গেরদা ফমদুনা কুমৈ মপূং ফাহল্লম্মী। শাবী-শানৌ অপুম্বা পলেম-পন্থৌশিংগী মগুণ ঙাকপা অমাদ মশাগী মগুণবু ঙাকচবদা ফত্ত-লমচৎ চৎনরমদে। পাখং মখৈনা শূমাঙগী অকোয়বদা লাপলপ লেপ্তুনা লৈরগা য়াওনীংলগা চঙদুনা য়াওই, য়াওনীংদ্রগা লেপ্তুনা অদুম য়েংই, য়াওরম্বদগী রারগা থোরক্ত্না পোথারৈ। নুপী ঙাক্তা মঙারহুনা নিপা য়াওরবা রাৎলগা নুপীনা নিপাবু লাক্ত্না চিংশিল্লগা য়াওমিন্নবদা হঙ্গোই-নরমদে। য়াওমিন্নরম্বী নুপীশিংনা ঙাইহাক গোথক্লরগা অনৌ হান্নগী য়াওফমদা য়াওরৈ, চঙলকত্রগা মশানক মত্রগা অতোপ্পী অমা চিংশিন্দুনা য়াওহনবদ চোপ্পরমদে। অয়াম্বা শাবী-শানৌ পূম্বা পুকচেল চুম্নবনা ফত্তবা থোক্লরমদে, কারিগুম্বদা ঈশৈ শকপাশিংনা ঈশৈদা মরোল থাদুনা অহল-লম্মনগী মমাঙদা অকায়বা চৎলক্ত-নবা হোৎনরম্মী। শৈরোল তাবদা ঈকাইনদুনা মশাবু মশানা রারক্লদুনা পুকচেল লাকশিন্নরম্মী। অদুম্নদি ওইরবদা, হৌজিক তৌনরিবা অসুম্না পায়মিন্নরিবা নুপীবু থত্তুনা ঙমই মতাগুম

পুকচেল কত্তবা পাখনা হোৎনরক্লবদি ঈকাইবদগী খৎনরম্মী, অহুবু পঙনা থোক্লমদে। অসুম্না চোংনরম্বা থাবলগী ঈশৈন্ তপ্পা লিরি শিৎপা নুংশিৎকী ইপোমলক্তা য়াওরক্কুনা নাপদা থুংলবদা পুক্লিং-হকচাং পুম্বা শুক্লাংখিহুনা য়ুমদা লৈবী ঈমা-ঈবেল ফাওবা খুদোং-ঙান্থক ফান্দুনা মখৎলেনগী মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাংদা উখোকহেন্দা ঙাহুনা অটীক্পদা ফয়গা ঈশৈ ভানরম্মী। অহুনা, থায়নগী মচোংদি পুক্লিং, হকচাং অমসুং লিৎপু শুক্লাংহন্নুনা হকচাং তেকখৎহল্লি হায়বা অচুম্বনি। সহরদগী অরাপ্পা মফমশিংদদি হৌজিক ফাওবা থায়নগী রুহি চৎনরি। হৌজিক্তি ঈমা-ঈবেল-শিংনা খৎন-চৈনরক্কদ্রা হায়হুনা কিবহুম পোক্লরে। ইজাতিগী চাওখৎপা পাম্বীরিবা শাবী-শানৌশিং! হৌজিক্তি থানহুনা য়েংলসি, করম্বনা মগুণ হেল্লবগে?

করিগুম্বা জাতি অমবু মপা-মপুদগী চাওখৎলকপনি হায়বা অসি মখোয়গী মপা-মপুদগী চৎনরকপা হরাও-কুমৈনচিংবা য়েংলগা লায়না খঙবা ঙমই। অহুনা, মৈতৈগী শাবল চোংবা য়েংলগা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিদি য়াম্না লৈবাক মচা তাবা জাতিনি হায়বা লায়না খঙবা ঙমই। মহু তশেংনা উৎপা য়াননবা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না হোংলক্লিবা অসিগা লোয়নননা মরক মরক্তসু ঈশৈ হনবা ওজানা ঈশৈহল্লগা খুমসি, মাইক্তা তত্তনা লাউরিবা খোন্থাং অসি তোক্কুনা ভলুন্টিয়ারশিং বেডজ থেত্তুনা লেপ্লগা ঙাকসি, ঈপা-ঈপল অমসুং ঈমা-ঈবেলশিংগী ফম্ফম মশক নাইনা থমহুনা লাকপীনবা হায়জসি। অহু ওইরবদি, হৌজিক্কী

ফত্তবা ঈরাংস্থ অহল-লম্মনশিংগী গুণ ঙাক্তুনা কোক্কনি অমস্থং ফত্তবা ঈরাংদগী কনগনি। ফিজেৎকী রাফমদি মতমগী চৎনবীনা কনখিবনা কন্না পঞ্জরুবা ঙমদ্রে, মতমগী খোঙচৎ তুংইনবা তারি।

অসিগুম্লবা জাতিগী লেমজনবগী মশক ওইরবা য়াওশঙ মণুংগী থাবল চোংবদা ওজা অমুবীবু ঈশৈ হনবীগ্র হায়না য়াইস্কুলদা লৈবা কাহ্নাই উকিলনা মচা নিঙোলগী মমায় য়েংহনা মরৈকায় মচাশিংগীদমক্তা বার্ত্তন তৌইল্লে। ওজানা মণি-মুক্তানচিংবা মাগী সেবকশিং পুহনা লাক্লম্মী। দক্ষিনা লুপা তরা লৌগনি হায়নহনা লাকপনি। হায়রিবা লুপা অসি মতম অহুদদি য়ামথ্রবনি, লিলা অনি কৌবগী মমলনি। নুমিৎ হেক তাবগা থাবল চোংবা হৌরে, অহানবদা মণিবু ঈশৈ হলহল্লি। নুমিৎসিদা শক্কদৌবা ঈশৈদি খোয়োন-হাওবগী ঈশৈনি।

ফৈজোম কুঞ্জা নাইনা শেৎলগা ফুরিৎ অঙৌবা লিৎপগী মথক্তা চেক মচুগী মপান লোনবা শাল অমা য়ান্দুনা, খুদাংদা ঘড়ী অমা শিরগা রঘু খোঙউপ অমুবা অমা তোংলহনা ময়ামগী ময়ায়দা পূং য়ৈবা অমস্থং তান য়ৈবগা লোয়ননা মণিনা শৈহৌ ঈশৈ শকলকই। মথং মথং শক্রক্তুনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা পোকখিবা লায়রবা লমজা খোয়োন হাওবনা পলেম-পন্থৌ কনানস্থ নাউকোন্দনা রানা পুন্সি লেনখিবগী রারী শৈহল্লকপদা মীপূম খুদিংগী মমিক্তগী মপি তাদবা য়াওখিদে। ময়ামগী থৌবু ওইরিবী উকিল বাবুগী মচানুপী পিবালক্তা তাঙনা য়াওজবী, পলেম-পন্থৌনা ঈবেম্মা কোলোয় থোজবীনা ময়ায়দা চঙহনা

ক্কা-কোমলা লান্দুনা নীংথিনা শৈহনবীহুনা মাগী মমায় পাকহনবীয়ু হায়না মিরবী খোঞ্জেলনা হায়জখি। নিঙোলগী খুত্তগী পোৎলাল লৌহুনা খোয়রুম তৌনা শক্কা শক্কা চানখি। মিত্তগী কাপথোক্ক-রকপা কামগী তেন্না পান্নহুনা শাবী-শানৌ অনিগী মশা তনিক তনিক্লে অমস্তুং থম্মোইনুংদা নুংশি শক্তম্নখ্রে। অহুগী মতূংদা ময়ামলক্কা য়াওহুনা হরিগী থাবস চোংখরে।

ব্রাংলেন পূংখায়মুক য়াওরগা অব্রাবা পোথারিঙৈদা ময়ামগী ময়ায়দা লৈরিবা মণিদা য়েংহুনা লৈরি। অস্তুম য়েংশিল্লক্লগা হেন্না হেন্না ফজবা অমস্তুং নুংশিবা মশক ওইরক্লবা শকফম্না মাগী পুক্লিং-হকচাং পূম্বা শুক্কাংখ্রে। তাঞ্জাসিদা মুক্তানা অমুক শৈশিল পুহৌহুনা মণি ময়ায়দগী থোরক্কুনা লেপ্তুনা কুম্মৈ য়েংহুনা পোথারি। মণিনা লেপ্তুনা লৈবা উবদা ঈবেম্মনা লেংমান্নবী অমগা লাক্কুনা পানা খেলি অহুমথক লাল্লে। মণিনা মহু লৌরগা চাদবা য়াদে হায়হুনা নিঙোল অনিদা অমমম পীব্রে অহুগা অমনা মানা চারে। পানা মতপ অমমম চারগা মখোয় অনিনা মখুৎ নামা নামা পায়হুনা চিংশিল্লে, মণিস্তু মথোক্ত মরম ঈখণ্ড খণ্ডদনা য়াদহুনা অহুম য়াওমিন্নরে। ভাইহাক চোংমিন্নরগা মণিনা পোথারুখিগে হায়বা ফাওবা য়াদহুনা লেপ্তুনা অহুম য়াওবা তাখ্রে। অস্তুম্না ঈশৈ অমুক খুম, অমুক ব্রাহৈ মতেক মতেক ভাঙনা তৌহুনা পূংখায় অমুক য়াওনরগা পোথারুখিসি হায়হুনা মখোয় অহুম পূন্না থোকমিন্নখ্রে। মণিনা হায়বা মতূং ইন্না ঈমুংদগী ঈশিং পুথোক্কুনা পীথক্লে; ভাইহাক পোথামিন্নরগা

চঙহুনা অমুক য়াওমিন্নরে। মতৌ অস্ুম্না নুমিৎ অহুমা নীংবা থুংননা থাবল চোংখি।

মচানুপীনা পামজবগী মতূং ইন্না য়াউশঙ লোইবা ক্ষাওবদা রাৎলিবা নিনি অহুমস্থু ওজা অমুবীগী পার্টিনা ঈশৈ হন্দুনা মক্ষম অহুমক্তদা থাবল চোংনবা লেপ্লখ্রে। অস্থুম্না নুমিৎ হুম্নি থাবল চোংলকপদা শাবী-শানৌ অনিগী মরক্তা হেন্না চেৎনবা মরী লৈনখিহুনা নুংশিবা মশক লেপ্লখ্রে অমস্থুং লৌসি-লৈসি হায়না সত্যগী শরী শোন্নখ্রে। মীগী পুক্লিং অমস্থুং শাজৎ মুন্না খঙগল্লবা ওজা অমুবীনা মখোয় অনিগী মতৌ উবদা নুংশিবা পোক্তুনা থবক মঙ্গল ওইনবা হোৎনরক্লে। মমা রাধেনা মচা নুপীগী মচীন্দগী পাউ তাবদা মখোয়বু মথরাই কনবীখিবা পাখং অহুবু তান্নরকপদা মণিগা ওজাগা মখোয় পুন্না পুখ্রি মপান্দা উন্নখিবা অহু রাক্ষম অসিগীদমক মমা-মপাদা মী থাজিন্দুনা য়াত্রা হায়বা ভাব য়েংলুবগী হল্লকপদা থেংনবনি।

মচানুপীনস্থু য়াম্না পামজবা মওং উরা অহুগা মীশক অসিবুস্থু খোয়দাবা ওইরহুনা পকনরবদি মচা পীগনি হায়না হায়রকপা উকিলগী রা তাবদা মখোয়নি হরাওনা লাকপনি। কোঠিনচিবা য়েংবদস্থু পকনরহুনা রারোইপোৎ অমস্থুং হৈজবোৎনচিংবা পুহুনা মচনগী মঙানি চাকৌবা মতূং ১০ নি কোনবদা চাউনা লুহোংলে। নীংবা থুংনরবা শাবী-শানৌ অনিগী পুন্সিদা আশা ময়োল রাংনা চোংখৎচরে! মচন সনাতোম্বী চৎখিবগী ঈহাও হাঙহুনা পোখ্বাক্ষম খঙজদ্রবী মমানা অনৌবা মমৌ লাকপদা থোইদোকনা পেঞ্জখি।

মচানা মীয়ুমদা চৎখিবা মীচানা ময়ুমদা লাকপা নিঙোল পোকপী মমা-মপাশিংগী মফমদা হৌনশানি খন্দুনা মমাগী থম্মোইদা অরাবা মৈচাক কোকখি।

কাহ্নাই উকিলনা মণিদা মচানুপী হরাও হরাওনা থাজরকপগী মরম অসি মনুংদা ভাব য়াম্না লৈরে। মমাঙৈদা কালা-যত্নগী মপা অনিনা মহাকপু উকিলগী য়ারেপ্পহন্দুনা মণিবু জেল পীখি। তৌবদি মহাক থোকখিবা থৌথোকশিং অতু মুন্না খঙদ্রবস্থু চিংন চিংননা কালা-থম্বৌনা য়া ঙম্নবা হোৎনখি। শেল পাম্বদগী চিংনরিবা য়ারম অতু অচুম্বা থিদনা সাক্ষী অমস্তুং মখোয়গী মরা লৌতুনা য়া ঙম্নবা হোৎনখিবনি। মমৈদদি মীগী মচীন্দগী অচুম্বা য়াফম খঙলক্লবদা নুংঙাইতবা পোকখি। অতুম্নদি ওইরবদা, অতুগুম্বা য়াথোক্কী থবক পাঙথোকনবা হোৎনবদা চঙলক্লিবা মীশিংগী মঙ্গল ওইনবা হোৎনবা উকিলশিংগী মথৌ ওইবনা নুংঙাইতবা অতু থুনা কাউথোকপা ঙমখি। থবক অসি থোকখিবা চহি অহুমলোম শুরকপা মতমদা মহাক্কী অরানবা থবক অসি তৌরুবগীদমক ঈশ্বরনা মথক্তা লমল খুমহুনা দণ্ডি পীনবা হোৎনখি, মহাক্কী ঈমুংগী মী পুম্বা খুলাইনা কন্না নাহনখি। ডাক্তর কৌতুনা কন্না লায়কন্নতুনা হোৎনজবদগী শিবমক্তি অমত্তা শিহৌদ্রে হায়্রববু মণিগী য়াথোক্তা ফংহৌবা শেলগী শরুক অহুম তিংখি। মীওইবগী য়াখল থেনবনা অসিগুম্বা ঈশ্বরগী চৈয়াক অসি ঈশ্বর নত্তনা তাইবং কনানস্ম খঙখিদে।

ওজা অমুবীনা লুচিংবা কোমিটিগী থৌশীলদা ধৰ্ম্ম লৈবা

থবক পাঙথোক্নুনা মীওইবগী ফত্তবা লমচৎশিংবু থাপ্পা তাম্থোকগ্রগা ধর্ম্মগী লীচিংদা অফবা পুন্নকপা উবদা, অমদি তাদদা উকিল বাবুনা য়াম্না পেঞ্জখি। ওজাগী রাখলনা অশিংবা উকিল মশাদগী হেল্লি হায়বা মশামকনা চিংনবা লৈতনা য়াখি। অসিগুম্বা অফবা থবকশিং অসিগী লমল শিংবা ওইনা মচানুপীবু মণিদা কত্তুনা মখোয়গী পেন্নবা হোৎনজখিবনি। অসিগুম্বা অফবা ফিদম অসি খ্বাইস্তু তম্নরবদি মীওইবা সমাজ অসি অরাংবা থাক্তা কাগনি হায়না মহাকনা থাজখি।

---

# অরোইবা শরুক

মমাগী খুজিন্দগী লৈশারিডৈদা লৈবাক রাথোক ওইগ্রবী মধুমতি মশম হাইগত্তুনা হৌজিক মৌগী শীংদা চল্লে। মৌ ওইরবস্থু মশক-মতৌ ফজবা অত্তুদা পামহুনা কনা কনাগুম্বা পাখংশিংনা মাবু লৌননবা ময়ুমদা কোয়রকই। ময়ুম পাল্লরোই হায়বা মহাক্কী অরেপ্পা রাঙাঙ তাবদা মঙা-তরানি কোয়বা চঙলম্লগা তন্দুনা তোক্নখিবা ভাক্তি। মতৌ অস্থুম্না মশাবু মশানা রারকচহুনা থোকখ্রবা থৌথোকী ঈকাইবা অমস্থুং অৱাবা মরমশিং নীংশিংহুনা মহাক রানা মতম লেল্লকই। অহুম্নদি ওইরবদা মধুমতিগী অফবা রাখল অমদি মশাদা চেল্লি, মহুদি—থবক কন্না শূহুনা শেল তাল্লগা মমা-মচা মীগী মপাল অমদি মতেঙ লৌদনা মপুন্সি লেনগে হায়বা রাখল অসিনি। মসি করি মরমদগী মানা

খনখিবগে হায়ববু, ঈনাকখুনবা কালাগী মরল মমা-মচানা পাম-লমদ্রবদি য়ারগা মঙোন্দা লৈবীগনি, য়াদ্রগা তোক্লমগনি হায়বা অসি মানা কন্না খনখি। মরম অসিদগী অহিং-নুংথিল অনিমক্তা তূম্বা-চাবগী মতম নত্তনা মতম অতৈদি ফি কন্না শাহুনা শেল তাল্লম্মী। মানা ঈয়োংদা ফমহুনা পঙশূদা মশূই অহুগা মমানা চাক-ঈশিং থোংবা, লংচাক চাকপা অমস্তুং ফি য়োনবনচিংবা অতৈ খবক পুন্নমক তৌই। মচানুপীনা শাউহুনা মঙোন্দা ঙাঙখিবা রাঙাঙশিং অহু মমাগী থম্মোইদা য়েক্কুনা লৈখ্রে অমস্তুং মনাদা মতম লৈরা খিবিক্তা তাহুনতা মরৈখ্রে। খল্লরগা মহাক্কী মরালনি খন্দুনা মচানুপীবু কিবা অমদি নুংশিবা পোক্কুনা, মচাগী থূহুং ইন্দুনা অরা-অনা থিদনা মমাস্থু থবক কন্না শূজরিবনি।

অস্তুম্না কন্না খবক শূহুনা মমা-মচানা শেল তান্দুনা চাবদগী খরা খরা লেমজহুনা চহি অনিরোমদা শেল-থুম মরাং কায়জরে। চাবা-থকপগী লৈত-লায়রগী মরমদদি অরাবা রাখল খন্দ্রবস্থু মখোয় অনিগী থম্মোইদা য়েক্কুনা লৈখ্রবা কাউবা ঙমদ্রবা রাক্ষম অমা লৈ, মহুদি—পোকপা নুমিত্তগী মশক উজহোদ্রবা নুংশিরবা মচাগী মরমদনি। নুংঙাইতবদগী অঙাং অসিগী মরমদা অস্তুক কুইরবা মতম অসি মমা-মচানা নোংমা ফাওবা রারী শানরকত্রি। অদুবু, মতম থুদিংমক্তা কাউবদি স্থুকঙম ঙম্নখিদ্রে। মতৌ অস্তুম্না মতম লেঞ্জরকপদা লাইগী নোংদমদগী নোংমদি মরৈকাইদা লৈবী সোনো-ফোনোবী নুপী অমা লাক্কুনা ফিশা-রোনশাগী মরমদা রারী শানরম্মী। অস্তুম্না রারী শারম্বদগী চীলাম-খরাম কোক হেক

হায়দোরকই, "ঈবেম্মা, নমা-নচাদি ওন্থোক্লা থম্মোই কনখ্রেদা। অদুক নুংশিবা নচা-নগুবু মীনা য়োকখ্রে হায়দুনা নোংমা ফাওবা চত্তুনা য়েংলুগে হায়বা লৈতে। ওন্থোক্লা নুংশিখ্রে হায়বা, মপান্থোম ঙৌরোক হেক ঙৌরদুনা, মশক্লা মশক ফজরে, মমা মপানা মচা অদুমতা ঙাইজবা অদুদা লিক-কোলনা পুমঙাং ঙাংনা হেক শিবীরে, অমুক তোইনা য়েংবদা হিয়াং-কুম্মৈগুমই। মমানা তাধিং হেক হায়বদা কেদুনা জগোই শাই। ওন্থোক্লা নুংশিখ্রেদা নখোয়গী নচাদো, অরেম্বদা মীগী মচা ওইখ্রেদো, পাম্মুইদা।"

অসিগুম্বী রাঙাঙ কয়া অরেপ্পা লৈতনা ওরো-রো হেক হায়দোরকপদা মমা-মচাগী থম্মোই কায়খ্রে, খঙহৌদনা মপি শীন্থরক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পরক্লে। জ্ঞান লৈত্রবী মিহুল নামা রাৎপী নুপী অসিনদি হরাওগদৌবোই নীংদুনা ঙাওলুবনি, ওন্না-তৈনবা মতৌ উবদা 'হৈমা করিনো মখোয়গী মমা-মচা অসিদি ঙকখ্রেদা' হায়রম্নগা ঙাওশিন্নদুনা অদুম চৎখ্রে। মহাকনা চৎখ্রবা মতুং ফনা কুইনা মখোয়নি কপ্তুনা লৈরে। কপ্পা মখৈ কপমিন্নরগা কান্নদ্রে হায়দুনা মাগী মাগী মথৌ অমুক শূনখ্রে।

নুমিৎ তারক্লবদা মমানা চাক থোংবা লোইদুনা চারসি হান্নবা কৌশিল্লক্লে। চানীংদ্রে হায়দুনা মচানুপীনা হায়রক্লবদা মচাগী পুক্লিং খঙলবী মমানা হন্না হন্না থেমদুনা ঙাওলক্লবদা নুংঙাইতদুনা মমা-মচা চামিন্নরে। রাখলগী মখা পোনবা মী-ওইবগী হকচাংনিনা চখোম অমমম চারগা তোকনরে। ফমুংদা

তূমলমদাইদা মধুমতিনা হায়রকই, "ঈমা! অঙাংছু অমুক্তংদি য়েংনীংখ্রেদা। ফনা রাজৈ হায়দুনসু মপোক অসিমগীদি ঈচানি হায়বা য়াররোই। অদুদা, থা তরা রানা গর্ভ পুজরক্লবা ঈচাগী মশক অদু অমুক্তং য়েংবা ফংজরবদি ওন্থোকনা নুংঙাইখ্রনিদা। থোইনসু লাপ্লবা লম নত্তে, করম্বা শক্তি লৈবগে অমুক্তা উননবা ?" অসিগুম্লবী মচাগী রাহৈ তাবদা মপি শীন্থরবী মমানা নোংঙাল্লগা হোৎনদুনা য়েংগে, তূমলুরসি হায়দুনা মহৈ মহৈ তূম্বা চঙনখ্রে।

মচা মণিসনানা লৈরিবা মফমগা মখোয়গা পাপ্লবা অসি পৌরা অমা মখায়রোমদগী লমনি, থোইনা লাপ্লদে। অদুবু, লমদা অমা চানদদুনা অলক নাইনবা লম ওইবনা শকমখৈদি খঙনরগা থোইনা লোন্দিন্নদে। অসুম্না লৈখ্রবা মচাগী রাখল খন্দুনা তূমগে হায়না হিপথখিবদা নোংয়াই মতুং ফাওবা তূম্বা য়ানখিদ্রে। মখোয় অনিগী মমিত্তগী তারকপা পিনা মোন চোৎলক্লে। অদুম্না চিন্তানা লাঙ্গোই চন্দুনা হিপথখিবদা অহিং মমৈ ওইশিল্লক্লবদা নিদ্রা দেবীগী তম্পাক্তা মধুমতি খোমলেন তূমখুন হুনখ্রে। মমঙদা মচা অসি চহি তরুকলোমগুবা বয়সতা উরম্মী। অঙাং অসিনা মমান্নবশিংগা শান্নমিন্নরকপদা 'অথুনবা অঙাং' হায়দুনা ময়াম্না লঙনরম্মী। শাউরবা অঙাং অসিনা ময়ামগা লাম্বা তৌনবদা ময়ামনা লাকচখ্রে। কপ্তুনা মমাগী মনাক্তা চৎখ্রগা পাউ অসি তমলুরে। মচাগী থম্মোই শোকপা রাহৈ তাবদা শাউরবী মমানা মচাগা লোয়ননা অঙাংশিংগী মনাক্তা লাক্কুনা খৎনররে। অসুম্না খৎনবা অসিদা মীয়াম ওমশিন্দুনা

মক্ষম অহু মীনা থল্লে। তাঙ্গা অসিদা মধুমতি মমা-মচানা খ্বাইরম্বন কাবদা মক্ষম অহুদা থুংলম্মী। হংবদা মরম খঙলহুনা মহাক মপি শীন্থনা মচাবু য়েংহুনা লৈরম্মী। মীয়াম অহুনসু মঙোন্দা য়েংহুনা মুশুক মুশুক ঙাওনরিঙৈদা মচাগী প্রেম্না কনখিবনা 'ঈমা লৈ ঈবুংঙো, অপোকপী নমাদি ঐনি' হায়হুনা পমখত্তুনা চুপ্লম্মী। মাগী মতৌ উবদা য়োক্লিবী মমানা অশাওবগা লোয়ননা মচা মুল্লগা থীনা চৈহুনা মখজাইদা খুপাক্লা থারম্মী। মীয়াম অহুনা মহাক্কী অরাবা অহু উরগা নুংশিবীবগী মহুত্তা খুবাক খূহুনা নোক্লখম্মী। মহুদা ঈকাইমনখহুনা মহাক জ্ঞান মাংহুনা লৈমায়দা হাইথরম্মী। মানা জ্ঞান লাকপা মতমদদি মমা-মচাদি লৈরমদ্রে, অংাং খরগা অহল খরগদা মঙায়রম্লে। অহু ফাওবদা ময়াম অহুনা চানবীবগী মহুত্তা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরম্মী। হন্না হন্না চোপ্লবী মমা-মচানা কপ্তুনা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। অসিগুম্বা মমঙ অসি হেক মঙবা লোইবগা মহাক মিকপ থোরক্লম্মী। মতম অহুদা নোং ঙাল্লি ঙাল্লি তৌরহুনা মহাক হৌগৎলগা মপানা থোরক্লম্মী। মঙলিবা থোথোক অসি মানা তূমলমদাইদা খনখিবা অহুমক্লি, কন্না খনমনখিবনা তূম্বদা মঙলিবনি। মতম অসিমক্তদা মমাসু মমঙদা মরাঙ মরাঙ তৌরম্মী হায়হুনা মপান থোরক্লম্মী।

নোংঙাল্লবদা নোংমগী অয়ুক্কী তৌগদোবা মথৌ লোইরগা মমা লৈরেনতোম্বীনা ঙরাংগী নুপী অহুগী মনাক্তা রা তানরুনবা চৎখ্রে। থাঙ্গৈশেংনা হায়নরুরবদি য়ারোই, মাগা হেক্তা চৎমিন্নহুনা

য়েংলুসি হায়না তানরদুনা মখোয়নি লাকমিন্নরে। মখোয়নি চঙদুনা মধুমতিদা চৎলুসি হায়দুনা থেমলে। অদুগুম্বা মকমদা চৎলুবদা খোঙ্গোইনবা নত্তনা অতৈ থোইনা কান্নবা ফংলোই হায়দুনা মহাক্না য়াখিদ্রে। মহাকনা য়ামনখিদ্রবা অদুদা মমা লৈরেনতোম্বীগা নুপী অদুগা চৎলিন্নখ্রে, মহাকনা চৎলুনু খাম্বদা মশুগী মশক উনীংমনখ্রদুনা ঙাওদুনা চৎখ্রিবনি। মতম অদুদা মশুদি মমানা পোদুনা থবক অমা চৎকনি হায়দুনা থোরকপদা কোম্থোং মপান্দা উনরে, মশুগী মশক উবদা মপি শীন্থনা কৌরগা ময়ুমদগী পুরকপা কবোক মতুম অমা পায়হল্লে। অঙাং অদুনা নোক্কুনা কবোক অদু চাগে তৌবদা পোরিবী মমানা মশা ঙমদবা ঙরাংদগীনি, অথুম্বা চারবদি নাগনি হায়দুনা মুন্দুনা লংথোকখিবদা অঙাং অদু কপলে। তৌবদি থাঙ্গৈশেংনমক অঙাং অদু মশা নারি-শারি তৌবনি, অদুবু মবোক্কী মবুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি। মখোয় থুনা কায়নরে, মশুনা মমানা পোদুনা পুখ্রে অদুগা মখোয়না ঈকাই ঈকাই ময়ুমদা হনখি। ময়ুমদা মচানুপীনা হংবদা খুমনীংদনা তমদবা য়াদদুনা তম্বদা শাউবনা মৈ হৌরে। শাউমনখিদুনা খোয়রাঙবা পোক্কুনা মধুমতি নোং খোংবগুম্না কপখ্রে।

ঙাইহাক কপলুরগা মমা-মচা খৎনরক্লে। মচাগী মকমদা লান্দুনা হন্না হন্না চোপ্লবী মমানা হায়রকই, "নহাক্কী নকমদা ঈমানা হন্না হন্না লাল্লে। মকম অসিদা লৈরবদি কুইর কুইরগা ঈমা-ঈচা চোপলক্কদোরি। মরম অসিনা মণিপুর থাদোক্কুনা ঈমা-ঈচা থুনা চৎহৌরসি। মণিপুরগী রাংমদা আসাম প্রদেশগী

মনুংদা লৈবা হোজাই হায়বা লম অদুদা ঐগী ঈমাগী মরী-মতা খরা লৈ। মক্ষম অদুদা ঈমা-ঈচাগী অরোইবা পুন্সি লেল্লুরসি।"

অসিগুম্লবী মমাগী ৱাহৈ তাবদা মচাস্থু য়ারে। লাপ্পা লৈঞগা মমা-মচাগী খরা শাফগনি হায়না খনবা মরমদগী মরৈবাক থাদোক্তুনা চৎপা তাঞবনি। অদুনা, ময়ুমগী পোৎ-চৈ পুম্বা হোঙনা হোঙনা য়ুমলোন-কৈরোম্নবদা য়োম্থোক্লে, লৈরিবা ময়ুম অদু ক্যাওবা য়োম্থোক্লে। মতুং মঙানি শুবগী অয়ুক্তা অয়ুক ঙম্না মমা-মচা বিদেশকীদমক যাত্রা তৌরক্লে। চৎলমদাইদা মখোয় অনি শিবা-চঙবগী ৱাংমদা ঈকাইবা থাদোক্তুনা অঙাংগী মনাক্তা লাক্লে। মতম অদুদা মমানা অঙাং চাক ইনবীদুনা লৈরম্মী। মচাগী মশক উবদা মপি চদুম চদুম শীন্থনা কপ্তুনা মচাবু অমুক্তদি পমজগে হায়দুনা মমা-মপা অনিগী মক্ষমদা খুরুম্লে। ভক্তিগী মক্ষমদা পূম্নমক লোইনা পেৎলি হায়বা অচুম্বনি। মখোয় অনিনা য়ারবদা মচাবু লৌখত্তুনা পম্লগা চুপ্লে, ইল্লম্লিবা চাক অদু চখোম অদুম ইনবীরম্লগা চৎকে তাকলমদনা মরু লুক্তুনা অদুম থোকখ্রে, মমাস্থু ইম্লখ্রে। মখোয়গী মতৌ উবদা মমা-মপা ঙক্তুনা য়েংদুনা লৈহৌই, নুংঙাইহৌদে।

হৌজিক মমা-মচাদি কমদৌরি— কপ্পা কপ্পা চৎখিদুনা মীরৈবাক চৎপা হৱাদা তোংখ্রে। তত্তুনা চৎখিবা গাড়ীগী খোঙচৎনা নুংথিলগী মতমদা মণিপুরগী ঙমখৈ য়ৌখি। চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকপা, শ্রীগোবিন্দনা কোনবা লম, মণিপুর সনা লৈবাক, পোক্লক্ষম লমদম মরৈবাকপু খুরুমলম্লগা মীরৈবাক

লমদমদা লানশিনখি। নুমিৎ হুমনিগী অয়ুক্তা মমাগী মরী-মতাগী মনাক য়োথুনা মমা-মচা শাইদাংথুনা লৈখি। মখোয়না হন্দক্কী মপোক্কী রাখল অসি কাউবা ঙমদনা রানা মপুক্সি লেনখি।

তত্তুনা তারিবা পিরাংদো মপারী মস্তুং লাংগীনি,
তত্তুনা ক্ষারিবা থম্মোইদো সমাজগী মীনোক কিবননি,
তত্তুনা নীংখিনি মহাক্তো মথানুংগী মচানি।

লোইরবা।

---